# শিংলিবা নুংশিং

( ১ )

নুংশিবী !
থম্মোয়গী পান্মুবী
নওঙুম নুংশি কনা লৈরিনি
থৌজালবা তাইবঙ লেনসিদা ?
কৌবিরকনু !
থম্মোয়গী মারারা
চীথান লাংবন থোইহিরা ?
নুংশি কাদা থম্না লৈ
তংনাইদ্রবা থৌজাল মিংয়েং,
শুমহৎলবা মিংনোক,
ওইজবা কয়া থাদোকপা,
য়োকপী শেম্বীবা,, ঙাকপি-কনবীবা
লানগলবা তাইবঙ খোঙচৎদা !
কদায়, অদোমগী থম্মোয় ইতিহাস
মক্কম, মতম, থৌদোকা চুনবা ?
—মনিগী লমদম মণিপুর
লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক ?
– সনাগী লৈবাক ক লৈবাক

লাইগী লেৎক লাইরেংবফমুয়া ?
কনানো লাইরবা
লেপকদবা পৎতৎলবসু
চিংকম খঙদ্রবা সনা মনি মরক্তা ?
ঈরোমুংদা তারিবমিশিং
চাউজনিংবা, কল্পকপা ?
কদায়দা লোৎকদগে
মুংশিমাঙদা মায়থিরনি মায়ামরীচিকা
চৎকদবা নত্তে, অমম্বা লম্বেলদা
স্বর্গ নরক অনীগী মরক্তা ?
মমলবা লমায় শেংদবা মথৈ
মাঙত্রসু লৈচীল মুংশাদা
মীনম্বা থরায়শিং চৈথেংলসু !
মুংশি থম্মোয়গী মিঙ্গৌ
অমদা পোকপী মমোমদা
কৌনজে থোইবী
থাদোইদি নত্তনা
সিবু মরাল-লা পলেম-পম্বোগী ?
কৌনিংবতা কৌবিয়ু
থোননিংবতা থোনবিয়ু
থম্মোয় মানা মীনমত্রবদি !



( ২ )

তূমলুরে কুমওন কয়া
অমম্বা উমঙ্গদা
রিপগুম, রিপগুম (চহিকুন)
ইঙাও ঙাওরে।
—মাগী অরানবনি
অশেংবা ঐগীনি।
—নত্তে, অচুম্বদি সিদা !......!
থেঙলে, থেঙলে !
থেঙমললে ! ( শাওনিংনা )
অপঙ ফুদোরুবা মতম নত্রে
মৈতান চাবী. তিল্লাইথোম্বী
কুরাক ওন্দুনা পাইথ্রে !
করি ফংগে তাললিবা
মতমবু থিংগে থল্লিব্রা ?
নথস্তুগী সংসার শেম্মলিব্রা ?
হোংনাইবা মহৌশানি
থুবা তপ্পগী রাকমদনি।
য়েংবিয়ু, নাকয়েৎ, তুংমাও
হোংলি লোন কয়া, ময়েক
মাংথাপ্রবা লমদমশিংদা ?
থিরুম্নু চুমথাং মখোঙ !

ফংবা ভমলোই
ঈশিং মুংশিং, মুংশাগী
মরী নত্তনা !
শীজিন্নরবা পোৎকী কান্নবা
করম্না খঙগনি ?
লাল্লিবদি ময়েক নত্তে
হিংমিন্নবা খঙদবনি ।
ঙাইরিব্রা থিংহুনা থমলিবা
নীংথায়রকুনা পুথখিনবা
নরল-নথুম, নশাগা
সমাজগী অহোঙ ঈচেন্দা ?
অত্থুবু ঐগীসি অমুক্তং ...... !
অস ! লোয়না উরে
অঙানবসিদা, মীমাঙসিদা
লোয়রেনে !

( ৩ )

ইপু লাইনি
ইবেন লাইনিদা !
ইপা লাইনি
ইমা লাইনিদা
সিবু নম্বা লৈগদ্রা ?

শাগৈ লাইদি অপোকপা
খুনগী লাইদি উমংলাই
লৈবাকী লাইদি লাইনিংথৌ
?     ?
?     ?
লিকথমনরে ...... ?
লৈবাকী ( অচৌবা ), মালেমগী ? (লাক্লরোইদ্রা ? )
ও ! সিরাইদা পীকশিল্লে
ফজবা অঙ্গুর মরী
থংনবা শুম্মাং লানহল্লিংল্রে ?
থংখে রাখল মচানা
অচৌবা অশেংবা ঈচেল অমা !
ধর্ম্ম মচা নওদি
চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবনরা
থম্মোয় য়োনা পল্লিংলকলিবা ?
ওন্নবনি, ওন্নবনি
অপীকপা ঈচাশিং ভিলহননিংদবা
অচৌবা ঈচেলদ' !
নওস্থ খোং মচাশিংনা
ভিন্নরগা ওইখিবনি
মখোয়না পুল্লমত্রথদি
করি ওইরমনি নওগী পূজ্জি ?

খঙবদি লৌশিংদি
কাক্তি কাকচৈদে মীয়াম্না
মতম পাঙ্গল চঙলবা
ঈগী ইতিহাস মক্তনি ! ঈগী ইতিহাস !
হাঙলুম্নু অরীবা লুবাক
ফংজনি পাপ
পামজনি লাইথুংচামনিপাল ! ( অহলগী )
ওমলোই. ইখত্তু ক্লিজবা
হিংচাবশিংনা থল্লবা জগকাদিদা
তেল্লবা ওমথৈদু নাইরবা খোঙচৎদা !
পীকথরকনু থম্মোয়
তুম্বা ফিরা ওমশিল্লকলোই ?

( ৪ )

লাকলোই লাকলে !
? ? ?
মীয়ামগী মতম !
অনৌবা যুগ !
প্রজাগী জয় ; ( ভইরকথনা )
থোঙ হাওদোকপীরবা রক্তারা
মিকপ থোকফাৎলিবশিংবু
মঙওই হাওই লাউহনরিয়মলে

## শি[illegible]বা' হুংশিং

জয় ! শ্রীজগদীশ জয় ! জয় ! ( পেঁমবা )

চংখ্রসম্ন লাইগী মচাশিং!!

নিংথৌ, অঙম্বশিং।

চাউজনিংমললি !

হল্লকত্রসনু !

ইনমসে. ইকু [illegible]

লাল্লুপস্থ কা রাশাম্ন [illegible]

ঈ শুমহুনা, নৈ[illegible]রা

তিম্রবনি, ঐখোয়

পাঙদবা নত্তে

অচুম্বনি, অ[illegible]বনি।

তিম্নহুনা লাকলবমি

তাইবঙ পুন্সি !

করম্না খাঙগনি

অচৌবা ঈচাউনা লাকলবদা

মঙোন্দা চংজবা নত্তনা

করি উপায় লৈগনি

পীকলবা ঈচেল নঙদি ?

মহৌশানস্থ য়াত্রে

নশানস্থ ঙম্‌লরোই !

ও ! লাইবক ফর্বনি

চীং-[illegible], নায়কৌ কেতুক্কী

নোংচুপনা নোংপোক থিরকপা
নওগী মঙ্গলনি
নওগী লাইবকনি ।
অমাঙবগা অতোংবগা
শিন্নবনি !
মায়থিবা নত্তে পূন্সিগী
জয়নি হিংমিন্নবগী ।
অত্থবু—পেন্দবা অমদি
মহৈদি তম্বীরমলে
পানবদি নংহৌদরে ।
থেংনবা তারি অরাবা কয়া
চাংয়েংদি অনৌবা !

( ৫ )

কদায় মরুভূমি মৈশা
সাইক্লোনগী অরাবা চৈথেং
উনগী নোংলৈ মুংশিং, অকনবা
অশাওবগী মৈচাক—লৈমানিংথৌ চাকওম্বা ?
অরাবা নংদনা মুংঙাইবা, নত্তে মুংঙাইবা ।
অরানবা থওদনা ফংবা, নত্তে লৌশিং ।
থাদি, তুপীনা "কংগ্রেস" ! অঙাংবা তুপীনা 'কম্যুনিষ্ট'!
লাউরি !
তুপী নত্তে পামলিবা; ফিরাল নত্তে তাল্লিবা

য়াহৈ নত্তে ফংনিংবা ?
কনা কনানো ?—তুম্নীরা ? অঙৌবা ? অঙাংবা ? অশংবা ?
শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়ামচাবা—অচেংবা লৌগনবা ?
ও ! য়াওদে য়াওহন্নিংবা, লায়রবগী মী।
—নপোই পোইরে নেতা, ফিজেৎ হোংলে
থম্মোয় লৌগনবা, মতৌনা সাধু।
মীতিনা অমা; নেতানা ওন্নবা।
মাঙলে ! মাঙলে !—মাঙলনি, নিংথাদা খঙই। (লাউরমনিংই)
ওন্নরে, ওন্নরে ? ?
খঙদবনা ইরলনি; উদবনা ঈরাচানি
ওমদবনা অশোয়বনি।
কনাস্থ থোকলক্কে !— লাক্কে !
অয়ামচা, পঙথরে, থোনা য়াওদ্রে। ( হৌবদগী )
—মীতৌ তম্বা অরায়বা নত্তে।

( ৬ )

( কপ্পা ) সেবা তৌজগে, ফংজগে। ( পি মরিকস্থ )
পুন্সীসে কখোকলবনি মীয়ামগী
ইশাগী ওইজবা থাদোক-ল-ব-নি। ( হায়নিংদবা )
—মাল-লিদা, নেতদ নেতা,
ফিজেৎনে, য়াঙাঙ শা-ঙাঙনে,
মথুৎ মশানে, মমিৎ মনানে

রাশক্লা শক্কললিবা।
ও! অথোংবা হূই, চীক্কন্দবা?
হৈমা! অস! — সীম্বোল নীতি! (রাজনীতি?)
যণ লাইনি-য়োকপী থাকপিবা ... ...
—খোংনাং—চণ্ডজফম, পোত্থাকম ... ...
—ফো চরোং-থাঙ্গোল থরায়নি লৌমীগী.. । (মানা মানা থোকপা)
নীতি রাংইদা, রাখল হোৎপ্রোং!!
তুবোনবা মীমাঙদা—
অজ্ঞানবদা সাধু; অমম্বদা ডাকু।
হে! শেলনি, শেল!—চায়রে।
—ফো মরু চীকউ! নচা পায়য়ু!! ? ?
থাজদবনা লৌজদববু নমখ্রে, পুনখে.. ? ?
লোয়রে! শাগে নাতৈ, মরুপ মপাং
দ্রৌপতীদা মগুায়রে, বন্ধান!
ফাওরগা লাইবক ময়ামগী (মরু ওইনা ঐগী?)
ফাওদ্রগা ... ... ? ? ?
কলিম্মু থুংলরে
শনিম্মু ফমজুনা লৈরে
শিম্নদবম্মু য়াদ, খনক্কমম্মু লৈত।
হো! নোংদম্বা, থোকপা থোকপা!!

—:—

( ৭ )

অবতার ! অবতার !
যুগগী লাই—ঐখোয়নি ! ঐখোয়নি ! ( পোংজবা )
লাইগী অপাম্বা, নমু তাইবঙ শেমফদে ;
লেপ্পা য়ারোই— । ( নখোয় মীনি )
মিত্র' হৈবা, যাম্বু খঙবা
তৌগেদা ঙম্বা লাইঙমনি । ( লাইঙম্বা )
—লোইনা তুখে—নোনখে
তরেং লৈখেদনা ( পুম্নমক ) ফজনা !
—থক্কে, চাগে পীজো, পীথকউ
থাজিল্লু শুমহৎ নাক্ত—ঙাওরিডৈ, লোইহৌগে !
কুনীতিগী দশা অরাবনি
অনীরক শিবা—অশিবা খুবম ?
—ঙমদে কবম্বা মায়ানো
নাম্ভোক্কে খল্লি, থোয়রম্বুম চেৎশিল্লক ?
হো ! লাই ! করম্বা লাইদানো ?
হিংচাবস্থু মান, লাইস্থু মান !
—তম্না লাই ? লাইমু ? লমখন ?
—লাইচুজনি, নকউম্নু, হাম্না কামহনগম্নু—
হে ! ফোংলকলে, নিংঙাইনরক্লে—করম্নো ? ( মথী )
—নতেক্ষমদা তেরো, নহঞ্জনক্ষমদা হঞ্জিনবীরো
শেলয়োমসি চানবীযু ...... । (লাইতায়নবা থেমই)
ও ! থুংথেংননা লোখ্রে, ওইরনি ।

—:—

( ৮ )

মায়দা পাকপীয়ু; পায়দা পায়বীয়ু
অরাংপদা তাকপীয়ু—মপৈ মপৈ !
—হে, লাংদা থুরবা কৈ !
লেঙব-ওংপা য়াররোই, পুল্লবনি
নখোঙ, নখুং, নওক ... ... ।
—উতুপ লাংনা কনবরা ?
শেলগী লাংনা হেনবরা
—শান্নবা মাগী লিলানি
লিশিং চংপীনা পুল্লবা, নওদি !
ননিং তৌজো. ঐ লৈরি
অপাম্বদা হায়য়ু, খল্লু । ( মহাজন্দা )
করি পাঙবী নখোয়না ( ফমগী )
ইরৌশিংনা ফংজবনি
ইসঙ্গনা ওইজবনি । ( প্রজা উরক্কবা )
—থোইদা লুচিংবা. অহ্নিদনা মনি !
লৈহুনা কারকপনি; লৈহুনা তানগনি
লৈনা-লৈনা শান্নগনি ।
ও ! নচা ফংত্তে রাজবা
নমা ফংত্তে. শিবা ঙায়বা ?
শগোলস্থু তোংখে; খর্জীস্থু পায়খে
লাইবকনি লাইবক ! ( অমস্বা ? )

( ৯ )

থল, লিশিংগী থল
থল, লাক্ষগী থল ? [করম্বনা লুমই ?]
—মিচং মীথায় নাইদে
ইচা মীচা থায়দে, অঙম্বা, লাও ।
চংনবী—"পীবা-লৌবা-" হৌনশানি, ইকাইনিংঙাই লৈতে ।
ওনবা মানবদনিং মঙ্গং হোংদবনি ।
—অঙম্বগী, অঙম্বগীনি তাইবঙসে ?
লৈবিয়ু, লৈবিয়ু ! কৈথেনসিদা, অফ-লুংঙাই । (শেলনা)
ফমদা ফম্বীয়ু; হিপ্পা চল্লকনি
কিদে লৌবদা; পাম্মুদে পীবদা । (চায়ৈ)
ও ! মৈরানবীশিং—হো, হৈ,—অচৌ-মচা
ঙাওরকলে, শেলঙালনা য়েবদা ।
—খঙদবা চংনবী, করি ফংনি
থম্মোয় খুঠম শুজবা নত্তনা ।
লৌবিয়ু, লৌনিংবদা, পেকহোরো
তৌনিংবদা, তৌবিয়ু, নখুৎদা লৈরে :
—মতমসি ওম্থোক্লা ফরিং প্রজা পুঙথরি ।
তূ ! তূ ! —নতুংদা ? নতুংদা ?
ওম্ব ওমগত্রনে, অঙম্ব! এবু ?
মতম খঙবা, মতম শাম্নবা মীদবো ? (তূদি চুংই)
অঙকপনি ! চোক মোক্ক লাউদে । (ফনা-চেংলিদা !)

( ১০ )

জয়—জয় ... ! [লিংখৎলকই]
শয় শয় ... ! [চাউথোকলকই]
অমদগী অনী; অনীদগী অহুম ... !
ওয়াং থাওপোক, ওসি দলান উলান।
ও ! পায়রেদনা অল্লা থাওমৈ ! (আল্লাউদিনগী)
থংনবা, য়ুমলোম্নবা পুমঙাও ঙাও
অউবা মথৈ পুমথক থক।
নত্রগা—হেল্লোয় লমলৈমগী লৈবাক্ত লাক্লবরা ?
অচিং মুংখিল নাইদনা, অয়ৎ অরাক ময়ক্ত
জীপ-কার খোঙনেৎন, শাম্নরিবা লিলা করম্না ... ?
নত্তে, অদা ! — ল থুমলে, ল থুমলে !
—অঙকপা লদানি—অকা-অকুম চঙবা,
শেলাম্ন ! কবো লনা কৈদৌনি ?
ঈপানথা নাইদে ; মতম লৈতে
অকংবদা চঙইবা, খুথ মহৈবা !
থুমনিংইদ্রা, চঙহনিংই মথোয়দৌনা ! (পাম্নরকপা)
—শিংই, মথোয়সে; খঙই, উই কজনা—
অউবনা—শোল্লিগৈঙে; অয়েংবনা কল্লকল্লিগৈঙে।
য়াহং—? য়াহং—? য়াহং—?
পাঙদবা...? চারসিরা ? তুরসিরা ?
লাকলসিল্লা ?
হে ! শোলমলখিরা, শেলনা তাল্লকবগু চেনখ্রনি ! !

( ১১ )

মাগুদা, মফৈ মন্নাং—(মারিনবা)
—মহি—মোঙ্ক—মেগ
পোংনা কারবা মৈথুলক
মপু মনাই মারিরিবা ? (শিনমিন্নবা) [মী-চগুবা য়াদে-ক্লোজ ।]
কলমগী মেলা—ফাইলদা
ভাবোক্লা থগুবা গুমলোই, অহো অরাং ।
—কাগু চাকচা, য়াথুল নাইদে
কলমনা হূবা, হূরানবা নপ্তে
পোংলাকপা হূরানবনি । (মচা অমগী)
কেথবী মনা নগুগীনি
ভনৌবী ইমোম নহাকীনি
কুপলিবা য়াংলিবা পূন্নমকসে ।
—নোঙ্গরগা তোংই; য়ান্নরগা ওইজনৈ
নপচরগা ফংজৈ, মানচাং ।
ইকুশি—থকনিংবদা থকনি
তৌনিংবদা তৌগনি, ঈথুংদা শো লৈরিঙৈ ।
তুনিংনা পাইবা, গুগুবা
করিগী তারুনি, অপগুম্ব নগুনা । (অশোনবশিং উঞ্জিংতে)
চাউ, নথক্ত চাউজবা য়াবরা
লৈবাক য়াওদনা ফংগদ্রা ?
—ও ! দাদ্ৰি, অহুবু নাহোক্কদগে কনান মীন্না মীথি ?
কামহৌবনা তোংজাহৌদ্রা ?

( ১২ )

ফাইল পুবা পীকপরা
অইবনা চাউদবরা ? শোইতৌবনা হেন্দবরা ?
শেন্নবনা তাদবরা ?
—চংলু কোক, খোঙ য়াওদনা।
তৌ শোই, খুং য়াওদনা। করি উপায় ?
হিংমিন্নদবা য়াবরা ?
চাউবগীস্ম চাউনা, পীকপগীস্ম পীক্ত।
—লায়দে, কুই, মতম মাঙই ? ? (ফাইলচংহনবা)
উন্নরব্রা ? ? ? —নক্ত্রবদি চংলরোই।
অঙকপনি !—শেলথোক ফাইল; কেন্দবা ফাইল=
মতীক মঙুণ খঙনা শেমৈ।
করিগী চাবা তলবনো ? ঙমইদা !
হো ! সনান ঈঙ্গি শীংপিগে
নথক্ত পেবু খনবীগে
মুংঙাই ম্নাইবী কাহনগে। লাও, তুং ইন্নকউ।
হে ! নচা চাওরা ?
নশু চাওরা ? (নমহাংন্নরিবা !)
হিংমিন্নসিদা, নথস্ত মুংঙাইবা ব্রানিদা।
পুন্সী খঙনা চংমিন্নসি।

—:—

## ( ১৩ )

খঙনদ্রিবৈ হূরানবা, অশিংবা হ্রানবনি ?
অপঙবনা হূরানবা, চেমৈ। (হঙোই)
চুমচৎ ! মী ওইরোই যুগসিদা।
অহুবু ঐখোয়গুম মুংঙাইবা লৈরিগদ্রা !
হুমাং মমলদা মুংঙাইজবা,
মপাম্থোংদা য়াজবা মাল্লবসু ! .
— ও ! নচা-নপু ফাওবা হৌগংলরোই; (নঙদি)
উরেদনা—চাউরবা মথোনগী য়ুমকৈ ... ...
পাক চাউরবা লৌ-শিং ... ... ! (হূরগা লেপহোরবা)
মীবোনকয়া চংলগদবা, লৈহৌরগদবা। (শেম্মীরম্মবনি)
ওসিমু হাই-হুম্না পাল্লিবসিনি। (নঙনা ফংদবা)
হূদনা মুংঙাইবা ওম্বরা ?
শেলনা ওমদবা লৈরিবরা ? মা; য়াওদনা য়ারিবরা ?
—শেল পাম্বরা ? কোম্মুংগুম পাল্লিংব্রা ? (শুদনা)—
মরেং, মরেং চংলবানেকো ! (কৈনোমা খল্লকলে ?)
হঙিল্লকপদা লামনিংলে, মনিংলে। ( কাম্থোংচৈ)
থংনিংলকলে, য়েনখা ফাওবদা ... ...
তম্বা য়াদ্রে, য়াম্না খল্লে ... ... । (মকম, তঙ্গা থিবদা)
পাপনিকো ! কোম্মুং তুমদবনিকো ! (অহলরা)
—কাম্নদে, চুমচৎ য়াদবা লৈতে।

ফরে, ফরে—হৃরাম্নরসে, হৃরাম্নরসে ?
অঙম, অঙম লাক্লসে, কোইনসে ?
... মুপীমু—অঙাংমু ... ... ?
অহুদি—ফম্ভে। কদায়দগী ?

( ১৪ )

ফনা তামলি, ঈহুৎ ঈরেং ... ! (উগদবা)
? ? ? ? ইতুংদা ?
—কান্নদে, পেন্দবনা লোইরে
ইমং লাম্বা ফংজিনলক্কদৌরবসিদা। (অমদি ভৌরগে)
হকচাং পোলাং তুরক্কনিদনা ?
পুকচাউবা অফিসার মঙোন্দরা।
মিনম চিকাদার অহুদরা, নত্রগা
কিগনবা লম্বী চৎপা মঙোন্দরা—চেন্নগে, খঙনি। (ননগে ?)
—অমনা অমদগী তাদে,
চপ মান্নে—অশেংবা য়াওদে (খর ফাওবা)
মশাগীদা য়েংবমক্কনি।
য়েংউ, কুম খুদিং থারৈ, হিংদনবা
তাংকী কোরমুংদা, মচা—মচা ...।
লোগনবা খুৎ, ভাইঙমদে নীনি শুদে
লাকনৈ, মুন্নে ? ? (অঙকপনি ?)
—মপোৎমু খঙদে, মরলমু উদে।

মমাঙস্ত উদে; মতুংস্ত য়েংদে।
ফজে—অইবা হৈদা, চেগুবা
ওইদবা পরেং শাবদা য়ারেদা ?
—করিনো ? করিনো ?
মাঙলে ! মাঙলে !—মরুভূমি ! মরুভূমি !
কদায়, পোথাফম, চঙজফম ?
হু ! হু ! হু ! — ক্বাক, ক্বাক...ক্বাব্বা—ব্বা ?
—ইয়ে ! ইয়ে ই...য়ে !
কনথ্রেদা মুংশিংসিস্ত—লোয়দেনা...ই...হে !
হো ! লানজদবী দশা, মাঙলেদনা ? (নম্বা)
—নিংবস্ত থুংখিদরে; লম্মনস্ত শেরাম্নরে ?

( ১৫ )

শঙাইনা হানৌ চারদরে,
লাংমৈদোন পাইরকথিদরে
ক্বাকী লানবাওস্ত তাখিদরে
চরোই তেতু খোঙলদরে ? (মুরুম মুরুম শোম্না)
শঙাই হায়দি উচেক্লা ?
তেতু, গাড়ীরা (হুরা) ?
পি, পি—মরিক—মরিক। (পুপুগী মিংলুদা)
—অসোম রাংমদা, চীংলোন রাংমদা
মুংশি-মরি, ফজে—নক্লথ্রেদা!

লমদমসিদা হিংচা-মরি
মুংশি হৈতবা, চাগদবগী খল্লবা ?
—নোংমা শিন্থরকনি, ওসিদি খঙলরোই—
ঐগী থম্মোয় পিরাং অর্থ, অৱাবা।
য়েংহৌ—মুম্না, মতম অত্থদা তেংথারক্লবা।
থম্মোয় পান্দে! থম্মোয় পান্দে!
মহৌশাগী ধর্ম্ম হোংবা নাইকদ্রবা—অথোয়বা
কৈগী মপান নাপীনা তাং
নাপীগী মপান কৈনা তাং।
ও! ইশাবু হাংচগদৌরে
তপ্না তপ্না পায়শিল্লকখ্রে
মহে মাবু তুংওইনা ?
পি! পি! অহলগী পিরাং! (অউবগী)
—হে, হিংচাবশিংসে! ফংমনদে—হাংলুনে!=
ইপু, কনাম্থ লাক্কেয়ে!
চৈশুসি সে? ?
—কান্নদে, মমিংদা খুদোনবী থিল্লবস্থ কান্নররোই।
ইপু, ৱারী লিগে! (শিন্নরম্বা)

—:—

( ১৬ )

তূ! তূ! লম্মৈ! লম্মৈ!—
—মৈ- ও! ও! মৈ! অচুরা? (খঙদনা ঙকপা
—কয়াদা—ফজখ্রবা—সনা—অহিংবা—! (মাল্লদনা)
ফাও, ফাও—ঙকউ! লৈবাক্ত তাহৈদে!
চারসি! —আই! তাহনখ্রে! —? ? (তাঙ্গোই চাথা)
—লৌরেদনা চীং, অঙাংবা মৈ মোংফম;
ও! মাঙলে, হিংনবা মরি হাংলেদনা।
—অমশু মান্নদে, থম্মোয়শিং
তোঙাল তোঙাল্লি, লম্মৈ-থম্মোয়!
?—হাংলে! হাংলে!—তুমলে!
কনবীম্নু! কনবীম্নু! ...... ?
—মাঙদম্নু লাং, তুংদম্নু-তেন। (হিংচাবা ?)
হাওরনিদা লৈত্য—ফনা কৈ।
—কদায়, উমং আইনশিং, মুংশিবশিং ?
চেদা—ইরি কজবা রাহৈশিং।
হিংনিংব্রে! হিংনিংব্রে! হিংফম খঙব্রে
শরু লৈবাক সিদা, চমলৈপুরসিদা!
—করিম্নু খনদে, উদে, চমইদা! (শাওনিংই)
তূ, ইকোক কোল্লবা মরুভুমিদা
অকঙবা পোল্লাং মপৈ, মপৈ ...? ? (উজ্রা ?)

( ১৭ )

য়ুহার ! — হারে ?
খা ব্রাং. নোংপোক নোংচুপ — ? ?
মানা করিদা হেনগনি
ঐনা করিদা ব্রাৎকনি ?
শাগৎলুদা, খম্বা—থেকউদা লাঙলেনহন, থেক, থেক।
ঈশৈস্থ শকপীগে, পেনাস্থ খোঙবীগে।
ভাওরে, ভাওরে—লৈকাইস্থ, খুঙ্গংস্থ ?
—লাইরেন, মনাইশা !—হো ! হো !
লৈরসে, .. ... মতম ওইরে ? ?
কদোমদনো ?—তেরা মক্ষোন।
মায়কৈস্থ খওদ, পম্বুংস্থ উদ
মালং-মুংশিংগী শাথেক্তা, পাইরিবা ?
ইপা লৌনি, ইপুলৌনি ! লাকলে ! (অঙাওবা ?)
হো য়াল্লো, হো য়াল্লো !—য়ানগম্থ।
হো য়ানসে, হো য়ানসে !—য়ানগম্থ !
ও ! লৈচাউনবা—পূল্লিমুংশাংনবা—অফবরোমদা !
—লাউরিবনি-(খুনমাঙদা) লাইপাউ
—পূন্সীস্থ মুংঙাইরকউ, হিংনবস্থ য়াল্লমউ — !
লীকলমস্থ শেংহনল্লে, ওয়োয় !
পারমস্থ লুহনল্লে —মকোক মরুস্থ নাইল্লে ?

ইকাই, ইকাইজৈ?
চংলমদ্রে, মচি লেঙলমদ্রে
মিংয়েংসু লেপলমদ্রে
অহাঙবদা পোংজবমলে?

( ১৮ )

খুং থমফম লৈতরে (শেবদা)
খোঙ থাংবা ঙমদরে।
—কদায়দগী নোংপোক নোংচুপ শেংচিল্ল।
তম্বা ঙমদে পূন্সী,
শিনি থঙনা পাল্লিবনি।
অপাম্বদা শেংকনি; ইনিংবদা ইনগ'নি।
পূন্সীসে,—কলানি কলা, (আর্ট)
আর্ট পুম্বা ঈশাদা হাপ্লগে?
— য়েকই, তৈ, থাই
ফাই নপ্থই—কোংলি, চোল্লি ......।
হে', খোইমু মকোক ঙাওহনগে
লৈওং লৈচু লৈনমদা ?
তাইবঙ থকথা নোমগে?
হৌনশানি—মহৌশানা য়ারি, পীরকপনি।
অনৌবতনি, উবা য়াদে ... ?
হোংত্রবদি—অশিবা পোৎশকনি
মহাও লৈত্রবা, অচম্বা।

কল্লকইদা, অহুঙৈগী—লৌশা-শাই ।
হৌজিকপু— ? হৌজিকপো ?
—নজাতিগী ফিজেৎ-চাকচা ?
ও। ইশাসে জাতিতগী নত্তেয়ে; ইশাগীস্নে ।
লৈবাক মাঙদা—মোইরাংফি পুমঙৌফনেক ... ?
প্রাইভেদ লাইফস্নু নীংতমহল্লরোই ?
ঐখোয়তবু ময়েংবিবা, নশাদি উদবা ?
পংকুপ কুপশিনবীরক্কস্নু,
অঙাওবা—তাজনি, লৌবা খনবদি হৈত্ত্রগা ।
—অশেংবা অককুবা—লৈতবনি
মফম মতম য়াওন মখা পোনবনি ।
লমচৎ ?—
ফিজেৎ নত্তে; মীননি
লৈকুৎ,—লৈরাইদা লৈরিঙে কাইদে ?
চেকশিল্লগা মমল রাংবনি, অন্নাবস্নু হেনবনি ।
অরোৎপা হেন্ন হেন্না য়েংনিংবা
চেকশিনবা হেন্ন হেন্না উনিংবা ?
রাংলি, পারা—?
অঙাং ওইখিনি কুইনা !

—:—

( ১৯ )

মথন্তু চাউজবা, মীগী উদ্রবা
আশোয়বদা পুথোক্লব'; অকায়বদা শিনগল্লবা।
মহাক—য়েক্লবনি য়েক্লবা, লৈবাক্কী।
—ইপু লাইনি—ইবেন লাইনি—থাগৎফদে
লৈবাক মনিল নাইজনি, অপঙ-মহৈ ফংজনি।
ও! পাজোম্বা, পিকমললিদা থম্মোয়,
পিকমন্নবস্থু হোৎনরিবা,
নিংথৌ শক্তিস্থু ফংলরোই
নম্বা লাকপস্থু য়াররোই। (অপঙ-অশিং উন্নরে)
—মনাঙতৈ নক্রে—ঈচেল হোংলে;
ঈচাস্থু পূল্লে চাউরবনি। (উদে ?)
(কন্নবা. চাউনবা), তুংলম লম্বী শেম্নরিবনি ?
কদায়, নঙদি নতুংস্থু ইলহননিংঙ্গে
নশাগীস্থু খোপচিননিংক্রে—কনানা চঙলকনি ?
- নয়ুমস্থু লোয়রে; ইংখোলস্থু তুমলে।
তূ! চৌং-য়া, তময়া—চৎমক্ত ?
করি উপায় ? করি উপায় ?
(নকোন্দা) নথোংদা পোংজস্থু।
অপীকপনা পীকনা শিবনি, অচৌবনা চাউনা।
কাইনথংদা, করিস্থু ফংদনা, চৎচথিনি তরক, তরক!

[ ধর্ম্ম মচা শান্নবা ]. ?
—অচৌবনা মচাবু চায়, য়োংলি—( অহিংবগী জগৎদা ? )
অরীবা ইতিহাস, অরীবা নত্তে
অনৌবা ইতিহাস, অনৌবা নত্তে—
অমত্তনি, থৌদোক খেন্নবত্তনি।

( ২০ )

থোংদা য়াল্লমলে
পৃথ্বীদা তাউরমলে ! তাউরমলে। (মূর্ত্তি)
—লম্মন খুমলিবা, অত্তুগীঙৈ—লম্মন ?
কোক মচা ! থম্মোয়মচা !
পাণ্ডবা—খুৎনি; লোয়রবা খোণ্ডথাংনি।
নত্তে, জয় তৌনবা, য়েংখিনবা-শিনবনি
কলিঙ্গ লান, মায়থিরবনি।
অচৌবনা মচাবু চারক্লবদি
অকনবনা অশোনববু নৈরকলবদি
অপীকপা থৌনা নোঞ্জবা নত্তনা ...... ?
—অতোনবশিং লানবীরিবা
কাউথোকপীরবশিংদা পীরিবা মঙাল, লম্বী
জয়নি ধর্ম্মগী—অশেংবা জয়।
য়েংউ, চর্চ্চশিংদগী থোরকপা—মুংশিরবা লাইশোল ঈশৈনা

ভাইনা ভাইনা য়ৈরবা কাংশি খোঞ্জেল লক্ত
শুমহৎখ্রেনে, খোঁরাংলবশি ! ( চংজফম থৗরিবা )
থিংনরিক্তৈ, খুম্নরিক্তৈ ( পঙগান্দা )
লম্বেলসু শেমহৌদরে; চৎফমসু য়েংহৌদরে।
ও ! কাংশি, পুং—শেল মখোল থোক্তরে ( শেংনা )
—লম্বেলসু খণ্ডদরে।
মতমগী খোংন্নুংদা, কুমজা কয়াগী তুংদা
শাক্তিসু লৈররোই, ইশাবু তাকচনবা।
—অণ্ডাওবা, অশাওবগী হাইহে নত্তনা—
--শোল্লবা—, মুৎখ্রবরা, কল্লবা শক্তি মমাঙদা—?

( ২১ )

মমলে ! মমলে !
কুমলসি মতম ফত্তেকো ......
সে, ভমোক ...... খর থুরকউ ...... |
? ? — লৈরক অচৌবা মথি ফোংই
—মোংশোংলক্তগী হেক্ত—মাবু মাবনে !
থিবু থিবনে ! হুন্বু হুন্বনে।
—ও ! পুংয়ৈবসু মাখ্রমাল্লে—
অমত্ত নত্তে—অনী শুই...... !
মতম অমদা—শাকৈ
ঙসিনা—ভুত—(অমাবী) কিক্সররা !

হন্দকসিদি—তিনমু লাইমু কললি—
ফিরাল অঙাংবা, কৎলু।
কোম্হোং খুদিং অঙাংবা! অঙাংবা? (নিনি শুদে)
—লাইগীদবু, মফম লৈতবদৌনা ......
পাখণ্ড-লৈশা অনীনক লৈবাক মাঙদা ......
ডাক্তরদা লৌথোকখ্রে, ...... ?
—মুমিৎ মশক উদে, চাক্কৌবা মুমিৎ
হন্দবা—য়াদে, শিবা পুন্সীরোই ... ?
—নিপা মথৈ মকোক য়াওদ্রে
মৈ কৎলু কোম্হোং কোম্হোংদা ...।
ও! তম্নরে লমদমসি অঙানরদা
শান্নরেদনা ফজনা (মান্না)!

(২২)

য়াওশং ও! য়াওশং ও!
তো, তো, রিতো, তো, তো! ধোং, নাকুম ধোং, ধোং;
ওইগা য়েংকা থুংশন্নমনা, কম্ন কম্নদা চোংশি।
মুংঙাইন্নবীয়ু;—বসন্ত য়েম্লিং হুম্লিঙৈ—
থম্মোয়গা থম্মোয়গা উম্ননা, হো চোংশিদা!
—মুংঙাইথোকতবা য়াদে, মরক মরক্কো ......
শাংদোক্নবা—পুন্সীরোল শান্নরিবনি।

আই! ওন্নরে—করিনো? করিনো?
—খুৎ ককলে, তোম্বা ...
—ব্রেতনা লেল্লমলে, চাউবীসনা...
—শাম্বরমলে শীংজংনা, কোক্কাই...
—লেংলমলে, লোঙনা, লেম্বা ..
—তোকপীরো, তোকপীরো। (পুঙখ্রেদা)
—পাঙদবা ভাক্ত, অপীকপা মুপ্যামক্তা
মমাঙঙৈগুম নরিল য়েংনৌ, ফজনৌ।
থরুম! থরুম! —রাহৈ অমগী, মিৎয়েং অমগী
তুক্কচরবা—থৌনা লিংজেল। (ভসি)
পুন্সীবোলম্বু—মাঙ; থৌনাম্বু মাঙ—
নক কোকচ, অঙাওবম্বু তা—ফরেদনা?
লৈকায়, লৈকায় চঙন্দবা
খুঙ্গং খুঙ্গং হেক্লিন্নদবা
য়ুমলোন্নবা শম্বল খানবা—নখোয়ননি।
অসিরা নঙগী চাউখৎপা ইতিহাস
আসদরা থম্বীরমগদবা নরোইননাওশিং?
—ঐখোয়গী অপাম্বহ্নু অসিরা
ফংনবা তাম্নলিবা অহ্নুম্বুরা?
ও! লোয়রে! মপ মচা ফুনব!
মচিন মনাও য়াম্বৎনবা!
মচু তারে সমাজ

মনম চেললে, থুনাই।
—মাঙবু ইকাইবনে, তুংবু ইকাইবনে
করম্না থুমশিগে ?

( ২৩ )

অরাবনি ! নিংথায়রকপা, মঙ্গরকপগী দৃশ্য
মচেৎ, মচেৎ শেগায়বিরবা, থুগায়বীরবা কোম্নুং !
মমিং পান্দবশিং, কোক য়াওদবশিং—থনব্রে
লৌগনলবা থুংশিং মক্তু—করি উপায় ?
ক্ষনানো লমদমসিদা চোংথোকপিরকদবা
—নঙবু সুংশিবীবা, উবিবা ?
মপু পাত্রবা লৈকোনগী ফিভম
মালি লৈত্রবা হৈকোনগী শকতম
য়েংঙমদে, থদৎপীবা, নৈখায়হনা মাঙহনবা।
কদায়, চহি তরেৎ খুন্তাকপগী য়ুম্বী
রাসমন্দনা কংখ্রবদা; চন্দ্রনদীনা তৎখ্রবদা ?
—থরো, থম্বাল পাইখ্রে; হৈনম-লৈনম মাঙখ্রে
শক্তিনা চৎখ্রবদা, খঙদলক্ত হুপ্রেকলম্নবদা।
নত্তে, ঙসিতগী থম্মোয়গী অরাবা
তুংগী খোঙ্জম্ন মুৎলবনি ! (অয়েকপদ ঙাইরে)
কদায়, লমদম্‌সগী পেরামিট
অজন্তঃকেপ; — তাজমহল...?

— তম্বীচুনা খঙগত্রা, তেনরা মোইনা
তাইবঙগী থম্মোয় — চাউজলম্বী?
হে, শকহেনবা! নরাইবক খিদা!
অকায়বা মচেৎ অম-অনীসে য়েংলমলগা
হল্লো নিংবা কায়না, থম্মোয় পোৎলুমগা।
— মশাগী খনগল্লবা অয়েংবশিং
লৌগল্লবা থুৎপুশিং — মপা মপু উত্রবা
মপু পান্ত্রবা লমদম!...
ও! মচেৎশিংদা লৈহৌরে (নপু না)
অরৌবা, অউবা, অয়েংবা, অশিনবা-গী গুণশিং।
(নিংথায়বা সনথোং,)

(২৪)

থোং নমথরে, পৈরে
লম্বী চেন্থখ্রে, সার! — ? ? ?
অঙকপা তুরেলনি, পীকই হায়দনি, কনখে — অশুক কনবসি!
কনানা ঙমগবনো, বিশ্বকর্ম ওইরবস্তু?
— ও! ইজজৎ য়াওখ্রে, গুণসু চেন্থখ্রে
মায়দমক ঙাইহৌরে।
থোংদা পকলে, য়াল্লে
লম্বীদা তারে, চেললে কোনতোপ্পা পুম্নমক! (মন্ত্রী, ইঞ্জিনিয়ার, ঠিকাদার)

পুকক্ষবা—অচম্বা, ইচা মাওজরে।
ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী ইবুংঙো !
অশিংবনা চাদনকো, অপঙ-মরলশিং ? (করম্বা অশিংবা ?)
হো, শেম্ল-শেম্ল ফংচিল্লক্কে
থোল্ল থোল্ল হোংদে—
থরায় পান্দবা, লম্বী নওদমক ব্রাজনি ?
দাম-কাযরে। —চান্স। গোলদন চান্স।
দাও লাকলেদনা—দবল তোংবা !
নোংজু থাদা-লম্বী শেম্বা-থবক তৌবা মাল্লি
কুবু মখৈ কান্নবে, ঐখোয়তনি মাওজবা ?
থুদেকউ, থোং হন্ন-হন্না
থুগায়উ, লৈরাই—ঈচেল কনবীযু, অতপ্পী। (তুরেলদা)
—কৈদৌঙৈ, লাকনি ইকায়খওবা ?

( ২৫ )

ইমা ! ঈশিং লাকলে !
অচ্চা ! টোটি ঈশিংদবু ? (তিম্ব্রোক)
—য়্যি, য়্যি—তীনক্ষা মচা !
চুম্নবা পুরকউ। (হৈরে, হৈম্নরে)
ঈশিং, ঈশিং মক্ত—থুঙ্গং, লৈকায়...। (রেডিওদা)
থুল্লক লৈরক্তা পাইপ—রিজর্ভর। (মাল্লে)
—হৈমা, ঈশিং গাড়ীসু চেল্লে—য়েল্লে ? (তোতি...?)

অমগীদমক অনী মাঙহল্লবা।

—মখোয়গীদি শেললনি; নঙতনি মাঙজবা।

মখুল! মখুল!...! (হুংলকই)

—নখোয়না ফজবননি।

নাত্তে, নখোয় ফৎমনদে।

কোম্প্লিল য়াওরমদ্রে! ইম্ভু রমলে! লানমচা?

—কৈ—শেল খোকফম!

হন্না হন্না শেমগনি, লেপত্রগা লোইরে।

হহে! ঙা শিরে! শিরে?

মনম কনমনখ্রে, হৈথরকলেদনা?

—কৈ—ঙাদি অচাপোৎনি

অচাপোৎনা শিববু, শিজসন্নু

ঐখোয় শোকত্রগা লোয়রে।—ফজেদা পুকসিদি?

ও! শেলনা ঙাওরে, উদ্রে—। (নশানা নশাবু তপ্না হাৎচবা)

(২৬)

মতম ওইরকলে? ?

কেন্দেল, কেরোশিন..., মৈখেৎনা কদাইদা?

মমনা মম্বনে; ইমুংনা খঙদবনে। (থমকম লাকফম)

—ফজেদা, ফজবগী লৈবাকমচাশিং

অনীমক শিজিন্নহনবসিবো!

আই! রাতোন! রাতোন! (লৈরক্ত য়াচংবদা)

হৈদা ! হেন্দে—মাম্নদৌরে ?
—তস ! পেল্লে, পোকখায়বেদনা ! (ট্রান্সফ্রোমর)
নপুক ফংমনদে; হাকমললি ।
নখোয়না হুরানবনি ?'
—নখোয়না হুবদি...অমনবা লৈরগা ?
মৈ লিকপীয়ু ! মৈ খঙবীয়ু ! (মমল ? শিঙ্জিন্নবা ?)
—মৈ লৌ, শেল পীয়ু । (তলব কায়দে)
হাই ! বিল লাকলেনেহে ! অমুক য়াম্না !
—টেবলনা শারকপনি; কলমনা ইরকপনি ।
?—মিলখোয়গীদি য়াম্না থিদে, মুমিংচুপ্পা তক্লবনি ।
তুমিন্না য়েংউ ! শেল তিংউ ! ভাব তারক্কনি ।
—বিল শাবা উন্নবীয়ু ? (নশা নাংম্থোক্লবা)
মৈরি পায়বা, হৈদকো !
সরকারগী মৈ; শেলনা ফুরিংখাওদা ।
কংায়দগী শেল কাগদগে, সরকারদি সিন্নাইদা শাম্নবে !

( ২৭ )

ফত্রাক ! ক্রং ! ক্রং ! (রৌ অহিংবা)
—? ? ? - ননাওসিগীনি ।
ইকাইগনথ্রপোংনি, দিভিজনগীনি, অহু অদা নত্তে ।
চাম্নরবনি, নত্রবদি নতৌত্নদা হঙ্গোয়রম্বনি ।

—ঙবাংগী—নখা অঙাং—এস, ও...
উন্ননে ফুরা দলান, হুগা দাগা...
পুংচম নঙগী-নোং য়ুবা ঈগী যুম...
—লৈকম লৈরোইকো হয়েং.. । (ইমুংগী ?)
ও ! মুংনা খোমলম্বা; থাঙনা মাল্লম্বা... !
য়াদবগী, ফাক্লবগী...করি মরাললো ?
—মশক খঙজিল্ল, য়োৎনা শাবা নক্তেদনা
অশেংবসি মা মঙায়রেনে...।
—চোংথোকপিনবসু লৈত্রি; কনবীনবসু উদে -ইথম্ভ ?
উরু উরু কোকসি—ইমুংদা ইথক্ত তাবে
মপান্দসু নাইতোম.. ?
—কংথোকপগী পুন্সীনি ওঝাগী
অরানবা তোকবদা পুমাঙ মাঙলগদবা !
ঙসিনা করি, ইমুংনা করি...?
পুমকায়; কায়রে—পুমতোয় তোয়রে—
পরিক্ষা ! পরিক্ষা !—নোটরিক্ষা ?
লৈতুম ওইনা পাইরকই
পীওন ওইনা চংলকই
মরুপ ওইনা হঙলৈ ।
ঙসিদি লোয়নমক হৈনরে ।
অথাবনা লৌথোকফম চাদনা য়েপলে
অচেনবনা থৌরিবা, চৈ লাল কান্নদ্রে ।

—ও! চৈবম্ভ ওমদ্রে; ফাবম্ভ ফানিংদ্রে
শণ্ডবা তাবে, লোইদ্রিফাওবা?
কয়াদা, তেকলিবা ভানোনেসে
যজরে, ফজবে,—মতমনি, নচানা...? (অহলনা পুশিনখি)
—অহাণ্ডবা অতিয়াগী লৈচীল!—

( ২৮ )

উং! উং! ও...ওক!
—নতোন মেল্ল, নমায় লৈথোকউ।
কেরোশিন মনমসিদি......
—মক্ষম লৈতে, উপায় লৈতে।
থুই! থুই। সিবু·? (দশবীন)
—তুম্মিন চৎখো, সিদা লৈবশিং, রা ভাঙদে। (নোংমত লাকপ!)
মায়দা পাল্লমনি, মুমিৎ য়েংউ।
—থোঙ, থোঙনাও হুন্দোকক্ষমনি, পৈরিবশিং...? (উরেদনা)
হল্লসিরা—কিরকলে মক্ষমসি।
—ংম্মোয়স্থ য়াদ্রে, খুৎস্থ মোৎলে।
ঙসি ফাওবা কা অমত্ত ফংবা ওমদ্রি (ফনা ভাইজরবনি)
—কদায়দগী সঙ্গস্থ লৈত, শেলস্থ য়াওদনা... ?
হিদাক-লৈত্রেদা, ওরাং লোয়খ্রে!
—উতি ময়ামবু পাম্নবা ওমবো নত্তে। (মচাস্থ, অচৌবস্থ)

অচৌবনা তৌবদি চেক-মোক লাওদে; মচাদি য়াথোক ! মীচৈ !
—মথুংদা লৈবনি, মকু-শী
চাক মনমসিদি ? য়েংশাং মহিমক্তা ... ।
—ও ! অনাবগী অচম্বা চাকনে, ...? (মহাও য়াওদবা)
সিবু লৈবাক অমগী, ... (পল্লিংদে)। (হোসপিটাল)
—লৈবাক চংহনা শেমবনি, মসি থোক্কবা। (চপ মান্নে লোয়না)
শীজিন্নবা হৈক্রি, হুন্দোককম থঙক্রি—
অসুক লুবা লাইনা, য়েংবা ওমস্রিফাওবা—অরেম্বনি।

( ২৯ )

চীংমু সনা চীংমায়দা,
সনাগী লফু থারম্বা, (নহাল নোংমা)
স্বর্গদগী, তাওল-লফু পুথরকলম্বা
অওম্বা করম্না কাউগনি?
অথুক য়েন্দা মাওদা
চীংমায় থুংনা শাংলকনি
সনা-গী থম্বাল অচৌবা
মপু সনা চরন্দ কংলগে। (পেন্দনা)
অচম্বা লফু নত্তে, অচম্বা
স্বর্গগী ধার'-নি; ( লাইরৈবাকী )
মালেমদা অতাওবা
সনা লফু—ঈগী লফু। (প্রজাগী মরল)

মত্থু হৌবা শরেপ, ফারগা
লাউবা কনবা লাকলগা,
নীকলরগে লায়র থরায়না
ভমদে লাক্তে খন্নগনু ! অকনবা লাম্মীনি ! (প্রজা)
চীংমায়দা, অহিং মুংথিল খায়দনা
নোংজু মুংশা, অইং-অশালক্ত
তেংথারি লাইরেম্বী মহাক্তি—(মহৌশাগী)
মাঙলে, পারী ! মাঙলে, ইমোম !
—কদায় কদায়, সনা লফোই
কদায়, কদায়, সনা লফু
খঙদে লাক্তে চেনফরোই
ঈগী লম্মন ? ঈগী লম্মন ?

( ৩০ )

তরাদংনে ! ময়ামদি কুন য়োন্নবনে ! [নোকফেংনবীনা]
—কদায় ? তরা মঙাসি ... । [তুংদগী অমনা]
চপ লেপ, ওক্লা ওক্লা ফংহৌদে । [থম্লিবৈ]
অপঙবা—অঙাওবা তাহৌই;
মতম খঙদে; মুপা মান্দেদা ।
মী ওইরোই; মতম মাঙজবা নক্তনা । (মুরুম মুরুম]
"কলা বাজার ক্রাইমনি; অয়োনবা অরৈবা অনীমক মরাল লৈ
—কাউন্টরদগী লৌবিয়ু ! (কজে)

য়াহৈনি, অরেম্বা য়ানি — ?
ব্রেক ! ব্রেক ! — কয়ানো ?—লৈরিব্রা ? [তাম্নে]
—পুলিস ! কম্মান্দো কাণ্ডবু ... ।
লাকচসনু লাকচনিংবা !—? ? (থৌশাদে)
মথোয় অমত্তুনি; নথন্তনি তোঙাল্লিবা ।
(তুংদগী) কুন্দংনে. হৌখিগদোরে । (অমুক নোকশিল্লরি)
প্রেক ! প্রেক লাউবী চাম্মচংপী ! (শংতোকলকই নহা)
ও ! হন্দকম্মু উপায় লৈহৌদে
লকু য়েকপী মমাঙদা । (কুন. তারাচংপী) (ইজ্জং ?)
—অমত্তুনা ওম্বা করবার নত্তে,
মরোল কয়া নাইরিবনি;
হেক্ত শাম্নবা ওম্বা নত্তে ।
মিহুন লৈতাদে, নে তাদেদা ? (হুম্মাং তাবুদি তাদে)
কুম্মৈ, মুমিং মথা পোনবা করবারনি ।

( ৩১ )

বোক ! বোক ! (কায়রেদনা)
মমলে; মমলেদনা ! (অমম্বনা হৈনৈ ?)
—ইরল নত্তে, সরকারগীনি । (খনবা হৈদা )
নথুং চুমই, লম্বা লৈরকলোই । (ভাই )
আই ! — শ্রেং ! শ্রেং !...! (থোঙনাও)!

সাবাস! ক্রুসলী মনাও। (কেরেদনা)

—অঙাংনি, খঙজত্রিবনি;

চাউজবতনি, পঙলিবনি।

কোক পাল্লি, শীজিন্নত্রি—করি উনি?

—তম্বীরক্তবনরা? ...?

য়াররোই তম্বীরবস্নু, ঈন্না য়াওরকলবনি। (মপা মপুগী?)

অত্থুদি—? থুগায়জসনু, থুগায়জসনু।

ভাব তারক্ত্রি ফাওবা...।—? ?

—অমা ঙাইবদা, অনী মাঙলবা। (পোং, মতম)

কৈদোঙৈ য়ৌগনি কাচীন কোয়া?

—হে! মশাগীদি থুগায়ত্রিনে!

য়ানি, শোয়রকপমক্তি নত্তে

মকোকসি, খজিক্তং লৈথোকপা তঙায়ফদে?

( ৩২ )

ফজৈদা, লৈকায়সিদ য়াওদে

লৈবাকসিদস্নু অহুমশুরমগত্রা? বজাই, বেগুন/জীপ কার পরেং পরেং

- সনানিদনা, সনা! সনা!

লাইবককবী, নরাইবকসিদি! (মনেম পোংজৈ)

শামুদং মঙায়রে। (তরেৎ তরেৎ থুজিং ওই)

—জন চঙলকপা মাঙবা তারে অমা

অনী পুনবা ঙম্নদে। (শেল, মুংশিন্নবা)

ও! চীংথায়রকলে ইমুং অনী থোক্না
সনা লোমদা লেপখ্রে। (মনেম)
—থুংলরে মপানগী লাইবক
মমুংগী পুন্সী লোয়শিন্নকলে?
যোমি! যোমি!
কদায়? খম্ব-থোইবীগী মুংশিবা
কল্লকই, কল্লকইদা মতমদো! (মুংশি মমল নাইরম্বা)
—মুংশিবসু লপ্লোনলে ওসিদি
অপাম্বসু করবার তৌন্নরকলে। (শেলমুংশি?)
হো! লায়রবা থম্মোয়দা নোংলৈ-মুংশিং,
ব্রজ তারে, কোকথক্ত
—পুন্নমক সনা নত্তে, সনা নত্তে
সনাতনা মুংঙাইবা ফংদে, ফংদে?
য়েংউ! পেন্না পেন্না নোকলিসে
লায়রবা থাওপোকমুংদসু মুংশি থম্মোয়শিংনা [দলান্দদি নোকন্দে]

( ৩৩ )

লোয়না থোহোরগে খল্লেদনা
ওম্মোক্না য়ামখ্রে। (মন্ত্রী গাড়ী?)
—মুংঙাইজসনু ঊরলনি
মবলদি নত্তনা, অসুক থৌনিংলবদোবো।

কৈথেল কাই
স্কুল চংলি; পিক্নিক চংলি—ব্রা,ব্রা !
—লুহোংবা য়াওই;
মণ্ডানি চাকচাই, লেপতে।
সোরাং চংলি—যজ্ঞ য়াওই। (ডমব্রা ?)
—ব্রাকংক্ষমস্থ মখোয়নি (করি তৌরুনি ?)
ব্রায়েনবস্থ মখোয়নি
অশীনবস্থ অমত্তনি—করি উপায় ?
থৌদাগনবী কেথবীগী খুদোনবীদা
পান্নগনবা ডমথং খনবাগী থৌশিন্দা
করম্না পোত্থাগদগে অথোবা ? ফরনি ?
—থাও য়াওদ্রে, সনা ইবেম্মা !
পোকথায়রে, পাবুং। (মীভাই নি)
? তম্বা ডম্বা নত্তে, খপহৌত্রবদি। (হৌ-হৌ !)
ও ! তৎলনি লৈবাক, তৎলনি
খোঙ লৈবাক তানিংদ্রে, থাংহনবিংলে। (মুপী অঙাং !)
—(শাওনিংই) ভস্তা, চৎখিনিকো ! লোয়দনা ?

( ৩৪ )

হৈমা ! মিঠাই, অচোয়বা ? (মুপী অঙাংদা)
চুরুপ লৈবদ, মৈখেৎ নত্রগা মচৈ...। (বাবুদা)

—হৈরেদা ! পান চুকান !
করবারনিনা, তাং মচানি নত্রগদি...।
—অমা য়োনবদা অনী শিংলবা;
অচুগী কাজিলহৌবচু অমুক কারবার (অচোয়বা য়োনবা)
অঙকপা থীওরি—ফজনা পুথোকইদা ! ফজে !
হোল য়োরেনে ! ...(কাউন্টরদা)
—মিঠাই হল্লকইনে ! নঙগীদি !
নরাইবক ফৈ, কবিস্থু হল্লক্তবনা য়ামই।
ও ! ঈশিং মরীক মরীক্তা, মহাসাগর ওই। (খঙইদনা)
—অরৈবা ধর্ম্ম—লৈ; পুকচেল চাউই
অয়েংবা কায়দে; য়াম্না তপই।
কুইনা অচুম ফবীযু, মঙ্গল ওইবীযু ! (নীজনিংই)
ইমাই ! পোংলক য়োরেদনা !
মরোই—মোরোক হাপ্পা...? (ফজনা হৈ)
—মথাসি—অনীগী—মঙাগী—তারাগী কুনগী ?
চপ মান্নরে হন্নু-হনা লৈবাকসিগী
শান্নরে অচোয়বা, অনী তোংনবা।

( ৩৫ )

থকলি খঙনা খঙনা ?
—শান্তি থিরিবনি, ঙাইহাক পুন্সী তেকথংহনলিবনি।
মৈশা কয়া খাঙলিবনি ? (সুপী, অঙাং, ইমুংগী)

পূন্সী মমল :— পোকওমদ্রবা মপোক, ব্রহ্মামরু ?
—পামদ্রে হিংবা, শিবা পামলে।
ওন্না শিবা, থেওনা শিবা -খেন্নত্রা ? (কাম্নদে)
—কদায়, ঐগী—ইফম; ফিদা ? ।সজাজদা ?)
তানিংদে, য়েংনিংদে, তুক্কচৈ।
নোংমগী চারাদংগী, অহেনবগী নত্তে,
মেচিন শারুরবনি—মমলিঙৈদগী—কদায়, হৈরকউ।
তু ! হাওর-হাওরবা, ফজ-ফজরব;
মখল মচু, মওং কয়াগী—... ! (বাজারশিংদা)
বাবু ভায়াশিংগীনি, সাহেবশিংগী।
লায়রবা ঐগীদি অমম্বসিদ ! কাচিনসিদা !
—থকলগসু ফারি ! চৈরি !
ফুসু ফুরি ? —ফাইলসু !
—ননিং তৌজো—তৌজরো !
লৈবাক চংনা নৈররো ? ?
শেগায়য়ু মচেৎ মচেৎ; নেৎখায়য়ু চবেৎ-চবেৎ ! (সরকার থানা)
—নওগুম্বসিদি য়েন অম হাৎপগুম ...।
হাৎলু, মেৎথৎলু—ঐখোয়বু করি কান্নবা ? (শাগুম্বনি)
অত্তুবু লাউগনি—য়ু নত্তে ! য়ু নত্তে, লানলিবা !
—ওইজবা থিরিবা, নহাকনি।
শীজিন্নরিবা নত্তে, অতোংবা থিরিবা নওনি ! (ঐগী পুন্সিবু নৈত্থনা)

—:—

( ৩৬ )

বাঁশীগী খোঞ্জেল, স্বর
তারুস্নু, তারুরগা পাপ-চৈথেং ! [ কংহুনি ]
চৌরুবা মকম, অহাংবা মতমদা
তপ্না-তপ্না নৈরকনি, খাওবা রাগনি।
তারুস্নু বাঁশীগী-স্বর, রাজনীংদবা ?
কৌরিবনি, মনাক্ত
ওমজবা স্বরদা খোংলকলিবসি
অচৌকপা শুমহৎ থাবল-তোর্বাজ
হন্ন-হন্না, ফারবনি, পুন্নবনি।
অচম্বা বাঁশী-খোংবা ওইরমলোই ?
খোম্থাংস্নু য়েরকলি নাপোমদ ;
মহৌশানস্নু তেংবাংলকলি।
তুম্বা য়াত্রে ; লৈকম খওত্রে—
থম্মোয়দা রাহং-মত্তা ওাইরে।
মকমহুদা থিরুবা তারবরা ?
করিগী লেপলি তুম্মিন ?
লাউনিংলিবহু—লাউররো ( তোয়না —)
শুংশিবা খোঞ্জেলদা—তপ্না, মেংনা—
তাক্তনি স্বর অমতং ওইরবস্নু।
মহুনা ওৎচনি হন্ন হন্না।

শিরুলিরা মুংশিং

হো, মুংশিবা ! মুংশিবা !
থোরকলো, শেম-শারো।
হৌরসি ?—শক্তি—প্রজা শক্তি !
শান্নসি মুংশি লমলমসিদা।
থৌরী-তৎলকনি ! রাথোক ওইনমি !

( ৩৭ )

লেপ্তুনা করি, থল্লি ? ( অপাম্বা থিরকপা ! )
চগুলকউ ইনাক্তো, শেম শারে।
মুংশিবা—থিবা ফংলোই সিদদি
মরুগী; মৈশা-ভাইস্তাকুং কোক্নবনি;
কয়ানা তিনশিৎনরবা পূন্সিনি।
কনাস্থ ?
—কনা চোংথোকপিরকনি ঐগীদমক
ওনশিন ওনশিন চাবা, মাওহনবা ;
হন্ন হন্না খোৎনেৎন্নবা নত্তনা।
কপচ-লাউজবা নত্তনা করি উপাই ?
পূন্নমক শদোং পান্নবা হিংচাবমক্তনি।
ও ! সমাজ নও নৈরি—
অশোনবদ থিবা ; অতোনবদ নৈহৎপা।
মাণ্ডত্রি, হোংদ্রি করিস্থ ? ( মতৌদনি )
কদাই; মুংশি—অপাম মুংশি ?

চীলোক্লনিংদবা কন্নানো
জ্ৰীব ওইনা পোকলগা
অদুবু অপাম্বা কনাম্নু য়েংদে, । ( হঙ্গোয়নন্নবা )
কল্লকই—ইচা ইশুগা শান্নমিন্নবা
ইশাবী কনাগা কেন্নজবা !
অদুবু আশাগী ময়োল চোংখৎলকপদা
মুংশি খণ্ডদবা অমনা হেক্তা থদৎলৈ ।
—নত্তে, হিংগদবা লমদম অদু
অৱানববু চুমথোকপিনবা লৈত্ৰবা সমাজসিদা !
লাও, চঙলকউ, অপাম্বা পীগে
পূক্সিসিদং থাওনা লেল্লগে—সে !

(৩৮)

ৱাং চাউৱবী-হৱাইত ৱিভোলুসনৱী
পাঞ্জাব ঘোৱা, শেন্নোইবী—কনা কনিদা ?
অহল ওইৱপ.........( আশা শামইদা )
লমশাং লাকপননি—লনলৈমা চংলক্লবনি ।
—য়ৌৱকলত্ৰা, শিলং কাওশিং—শঙ্গোমবী ?
লম্বী-লমখাংনা শাংবনে
লাইওংনা খণ্ডদবনে ; পাম্বা কৈনা কনৰ্বনে ;
জঙ্গলনা শোংবনে......... |
—খৰ য়োৱকইৰ্বসি লাইবক করবনি ? ( খৰদং )

মীমাওদা-তূমিন লৈয়ু—শরুক থুংলকপা য়াই ?
—অস ! চীংদা মান্দা-লোয়রেদনা !
অয়োইবনা য়ামলিবা ; পোংনা লৈত্রিবা——
কমন অমা...? (থমলেদনা)
লংহুম চাবী লৈরেদনা——?
মুপী চাওরা ? লংহুম চাওরা ?
—ও ! লংহুম চাও ! (ভস !)
শঙ্গোন থম্লে, অকিসার-মণমাবা !
—খঙদবা মঙোন্দা হান্না পীহৈদে
...চায়েং তৌরিবনি মাঙদনবা ? (অখঙবনা, অহৈবনা)
হৈদা : হিংগনি যুগসিদা ; লেম্না মাঙলোই । ( লৌনবতনি )
—অঙৌবা শালহৌ খুহৌ, অমুবলোমদা হাইত্রেদনা ?

(৩৯)

কিডৌ কৌরে
তাওরে মচা মখৈ—ভাওরে মপীশিং ?
—হাওরনি ?—ফংলনি ?
কয়া লায়না—কৌতা মচা অমনা..... | ( যুগসিদি য়াম্লে )
হুনিং কয়ানিসু কম্লে,
মী কয়ামু ওম্লে, ইথম্না ( মতম, মী চংম্রে )
—হাংলে ! হাংলে !
হিংচাবশিংগী মায়া লাংদা নাম্ফোকক্ম লৈত্রে ?

কনানবু তাবিগদগে অচাপোংকী রাকং ?
করিনো নশাগী খুংলায় ?
—খুদক্তা পাল্লমলবদি—জ্ঞান তারমগনি ?
ইশাসু উরমগনি
খুংলায়সু খঙলমগনি।
ঙাগা কৌতাগা শিন্নবত নস্তে—থরায়সু য়াওরে।
লোক, তুরেল, পাং, পৃথ্বী
তপ্না তপ্না পায়থংলকলি-চু পীথকনি।
তাংজন্নবগী—পৃস্নিদা
মথন্তবু—উজরবা
তোংনিংবগী নিশাদা; চানিংবগী মিঙৌবদা। (হাংলিবা)
ঙা শিবা অর্থ লৈতে
মী শিবা,—মুংঙাইতে? (লৈহননিংই)?

(৪১)

সরকারগী বোরাসি...... ? (ময়াং কংইদা ?)
ওনবা হৌনদে, সরকার থাজদবা মাল্লি।
—মমলসু হোংবা—অরুম্বসু হাইহন্দবা
করম্না হিংগনি গুদাম ?
চেং, চীনি, লোহৌগেয়া ? মমল তাজনি।
তুকান চংলে; সপ্লাই হারে।
কদোমগী...... ? কয়াম...... ?

উথ্রুল!—তম্মেংলোং!—থানলোন!
চীংমুংদি শেল ওইনা চারে? (প্রাজা) থম্ভত্রি?
—অগুপ্পা—অনীনা শিন্নবনি। (এম,এল,এ/এজেন্ট)
শরুক্তি ফনা য়ামই—থুন্দু মী য়ামখ্রপোংন্নিনা?
—বেলফিয়ারনি চীংগী; ঈ পাও-সব ঐথোয়না......!
চীং শান্নবিবনি, ফজনা।
আই! চীং লোয়না থোরকলত্রা? (খঙদ্রুনা)
—অকাস বীল? —অকাস লোন? অকাস গ্রান্ট?
মীদি হঙ্গিন হঙ্গিন..... !
—চীং—অরাংপা নৈতে!
চেংগী মন্থুত্তা পাল, মাইরেন,-উশোয়
চীনি-থক্কে—চা থকপো নত্তে—
ঈশিং-লোক্তা; মৈ,—শ্রীংনা?
—ও: চীং শান্নবিরিবা ওইরেকো!

(৪১)

ফৌরেল মচং চাকলা [লেঙ লেঙ চংলবা]
ভাতোন অতেকপা মথেলরা (খুৎচুরবা)
নিংথম মুংশা গুম্মাঙদরা?
অভো, খুবী-চীকথায়রে
তিন্দুম য়োংলি! অহম! (অহলশিং)
রাইথৌদা ফাবা ভাতোনলা

থরুংদা চত্তবা খারকপা
( লম্মাংদোং ) চরোইগুনসী য়োংচাক্লবা ? ( শিংজু মহাও )
ঈশিং স্নুংশিংনা হেনবরা ?
অছুবু ওসিদি পূংজাগী লেপ্তুনা
খোমজিন্নকলে লাম্মীশিং ;
পৈশিন্দুবুরি য়াক্রে লানবনদা
কুমজা-কুমওন, থুংল্লবা। ( হাওত্তরবস্থু )
ঈপাম ( ঈপামদংস্থু ) শকখণ্ডক্রিতৈ
অশংবা লানহৌ থুংলরে
মুকসননা চুমলকলে ফিরাল মমায়
অয়াম্বদা, অচৌবদা পাম্লরকলে।
—চেনখ্রে ককচেং ফৌ, মোইরাং ফৌ তময়াদা ;
লোংখ্রে খাবক ভাতোন।
'মহাওস্থু লোংখ্রে, মচিমক্লমদা ;
মগুণস্থু মাঙশিল্লকলে নোংম নোং।
অছুবু নিংবা কায়রনি লানসে ?
ওস্থোকপনি, টেবলদা লৌউরে ( কুমনিংদবশিং )
লৌউদবনা লৌ-উবা তম্বীরে
ইংখোল কোইদবনা য়েঙ্গাং থারে
অউবনা ফংদরে
অথাবনা শৈংদরে
অয়েনবনা লে য়শিনখ্রে। [ অয়েনবশিং ]

হো ! হোসপিটাল য়েৌম্নরে, থীবোংজাউ
থাম্নববু চাবরা ? ( খঙমনদে, পামগল্লি )
পামগল্লি অহোংবা ।
'ফাং, ফোং, ইফোং ফোং
লৈবাক মাঙদা ইথোক থোক
মরূ—য়েনবা পুংযৈ, অচাবনা চোলোন তৌ—ফজরে !
হাই ! হাই ! ঈশিং পম্পদি
পাৎদা তারে, ঙাকাবা ;
থুল্লক্তা তারে, চেংতকপা ।
ঙাওরে রিভোলুসন,
লৈবাকসু ঙাওরে ।

( ৪২ )

তূ !, আ, মাঙদা উরিবা খুনসিনি ? ?
নখোয় কাঙবুনি; ফনা য়াম্নকলে ... ... ।
– কববারসিসু ফজনা ওইজে
খরদংনি চেকদা থাইরম্ব ।
মালগী ভারা মথক্তে ——
মঙা তরুক হাপলকপগী শেল ( পুশিল্লকপগী )
—তোংলে ! দবল্লা ? ত্রিপল ?
উম ! অথৌবা পেল্লে, মুংঙাইরে । ( ফংলে )
– তোংবা হায়বসি—ইশানা য়ানিংনা কাম্নবত্থনি ?

লম্বীদা তাবা মনি
খুনবা হৈজ্রবা মী-ওইরোই ;
লক্ষ্মী মমায় ওনশিল্লকলগা
শান্নবা হৈজত্রবদি লাইরজনি।
তপ্পা-মেপ্পা খঙগদবনি ?
নিশা-অমনি—লেম্না-হল্লকনিংত্রে। ( পুশিন্নবা )
ধর্ম-লৈবা, মীবু কনবীবা
পুথোক-পুশিন্দ উত্রেদনা—? ( লৈবাক্কী )
—নহাক্কী থৌদাং ঙসিদি তোংলি
হয়েং নোংমদি, থম্মোয় লাইনা,। ( পুন্সি তেলহল্লনি )
লঙনি—উমঙ রামঙ শান্দোকহল্লিবা
অশোঙবদা য়োম্থোকলিবা—লনম্, লমম্ ?
শামু ময়াগা টিনগা শিন্নবা, লুংঙাইরে ?? ( শুনিংদনা )

(৪৩)

উপু মচাগী হুকান—পান হুকান
কাচিন-কোয়াদা, চিথেক্ক, মতায়দা
অমা-অনী—অহুম...... ।
মিঠা মনা জর্দা, সাত—খৈনী— ।
মমল য়াম্নবা, অহুম হাওরে ;
কোম অহোংবা—অহলগীনি ; ( যুগগী নত্তে ) ( নহাগী নত্তে )
চাওখংলেদা নহাশিংসে !...? ?

-উপকারনি।

থবক ফঙদবা মরুপ মপাং চান্নিবা

মী শেম্বা থবকনি ঐখোয়গীসি—

সোসিয়েলইজমদনি তৌরিবসি ?।

খঙই ! খঙই ! —জর্দা চাবা ফত্তে; কেন্সর পকই।

—অত্থুবু ঐখোয়দি পীজনিংই—য়োননিংই,

হিংদবা য়াদে। ( মী খঙদে )

পামজবা খোরকও

চাউখৎপা মুংঙাইবা হেন্ননি। ( ফংনিংই )

—চাদবসু মশি; অচাবসু মশি

মরাইবক্কীনি :—চাবা ঙাক্কনা...... । ( খোনই )

লেংশিনবীরকউ, অপাম্বা-প্যাউ ?

অরোন-অথুপকী, অমম্বী...কয়া......

খঙবিবা য়ানি। ( ঙমই ! )

ও ! সেন্টর ?—অচৌবা সেন্টর ( পালৌ )

পীকচবদনি, লোয়না মরি শমলিবনি।

—ফম্বা হৈত্রবনি, তুরিপোৎনি

কল্লকমীহৌদনগা তৌরু য়াবা নত্তে !—

(৪৪)

তৎলি মতৎ, মতৎ

কায় মচেৎ, মচেৎ

অমত্ত কুইদে। ( কংগ্রেস/এম,পি,পি/জনতা- )

--কুম চকুদা-তোইনা লুপলেদা! (তারিত্রা ?)
টিকেট ফংড্রে, কংগ্রেস—এম,পি,পি,
ফম ফংড্রে, এম,পি,পি—কংগ্রেস
অতুদগী কায়রে—জনতা......।
নশাদি হোংদে; নমিংদি ওল্লে
নগুনদি হোংদে; পাটিদি-শুরে।
মুস্বান চাহবী, লোয়রে?
—মীনমলগা শিবস্নু নত্তে,
ডাকু তৌদবা য়াদে। [ওইজবা কংনবা]
[চৈ য়াংলি] য়াংলি।,
শেষ্ট্রেংনা ফায়, পণ্ডদি পণ্ডদবা (শেল পাম্বদা)
ভাবোক য়াওনা ফানৈ, ফানম। (শেলগীনি ?)
অণ্ডকপনি! মিংশেন মাণ্ডদা লেপ্পগা-
মশাবু উজবা ওমত্রমাল্লে।
নত্রগা শেলনা, ভাওরবা জাংলা? (অচোপ-অরেম খণ্ডদবা)
—মীরা? শারা?—করিনো?
শামরক-ভামরক—জীব অমা?—ভাজো!
?—কুপথরক্লবদি—ঐখোয় য়াররোই? য়াররোই।
পার্টি নত্তে পামলিবা; অকবা—মীওম্বা মহাকনি। (লৈত্রাও?)

(৪৫)

খণ্ডিবা পোং, মমল য়াম্নবস্নু পায়ল্লে
—শামু ময়াগা ট্রিনগা শিনবা

আগরগা হিদাক মনাগা ওন্নবা—অঙকপা নত্তে ?
ও! উত্রে ? চীনুং মমুংদা খোমলিবা
হোললিবা, অহিং-মুংথিল নাইদনা
অথঙবা, অউবা তাইবঙ।
মপাল খোক্তবা, করি উগনি
নথন্ত নত্তনা— নখন্তগী নত্তনা ?
ইথন্তগী খঙ্গরবা, অরাবগী মশকনি—( পীকমনবনা )
য়ুমগী য়েংলক্লবা, খর চাউরে, থম্মোয় ;
মীয়ামগী খল্লক্লবা, ফনা রাংলবনি।
—অমত্তং ওইরবস্ন তানবা লাউরমউ। (কান্নে ?)
"নপোং নচৈ লোইশিন্ন;
ইখোল চেংনা থিংউ—শা কৈ লাকনি" ( অহলবা ) ? ?
—ফনা মাওবা তাই
ইরল কোন্নগা, প্ল্যান তারকনি ?
—অহল মনাক ফমউ; অউবগা রারী শাও
পূন্সী মহৈ য়ানগনি। — ? ?
কারগী—য়েংত্রি—নহাক্কী অকোয়বা
খওত্রিঙৈ—শীন্নবা, মীঙোন্দা
ওইজনি লাইমন, হয়েং নোংম।
—চুমশো, মীঙোন্দা পায়হন্নবা, শুক পঙবা লৈরিগত্রা ?

( ৪৬ )

উন্নরম্নত্রা ? উন্নরম্নত্রা ?
—সার, উন্নজরমলে। — ? ?

ও! হেং‌বগী, রাংপগী—চৈরু—শেলথেঙ।
মখোল থোক্না থৌবগী, খোংদবগী—চেচাংগী? (মচু নত্তে!)
—হৈনা, খুং শোক্কে, (মচিদা/মরুমদা)
খঙপোং নত্তে, মতৌদা উবনি। (হৈত্রে?)
—অঙানবদা তৌবা থবকপু করিগী খঙলোই?
হৈদা! ভমইদা মুতিগী। ফনা কারিনি!
সবক্তা—লু-থুম্বা, কাইমল্লি। (লৌনিংমনবা?)
উবা ফংলকপরা মপান্দা (থা-রোমদা?)
খুংশোক্কবা—শেলমাবা—লুদবা?
—চাইরে এলাওয়েন্স খুংশোক্কবগী অশুমন?
ময়াম চাংকগদৌরিব্রা থৌওংচু—
অঙম অঙম্বা মুম্নবা, লৌম্নবা?
—অস? য়াওদ্রে অমা চংশীসিদং! (লক্কবা)
খুংলো লাকলো হেনমল্লি—
চোপমন লাকমনলি, মমায়সু পান্দবা?
করম্না থাজগনি?
ঐখোয়বু ভাকলিবনি, থাজদে। কিজৈ।
......হয়েং ওনশিল্লক্কনে। (খুদোং চাবদা)
ও! য়েংউ; য়েংলিউ
মখোয়দি য়ুনিফের্মদা হৌরে, য়োংকদৌরে?

:--:

( ৪৮ )

কলেজ অহুমগী ছাত্রনি
কাবনা অমদা, থাগদবনা অনীগী মরক্ত।
—কনানবু হায়রবীগনি. মঙ্কমস্সিদা
উই, খুৎ থাবা ওমদে? উশিন্নদবা রাথোক্তে।
ও! তুংগী য়ুম্বীশিং...... ! (করম্বা?)
--সমাজ ভাওরগদবা য়ুম্বী—তূরগদবা অহোবা?
খঙলগা লোইরে; কান্নদে চীক্ফা রানবনি.
শিনগনি মন্নুংদা, লোগনি মপান্দগী মতেং।
—হঞ্জিন হঞ্জিন থাগনি, অপাম্বা মার্ক ফংত্রিফাও—
অরাংবা মার্কদা শান্নরিঙৈ (সরকারনা অহোবদা)
শান্নহৌদবা য়াদে ফজনা?
—উজারমেলা? হেমল্লা?
য়েংলগা তোকই; পান্নবা মঙায়
কোমলে ওম্না, থাদোকলে, ইথা-থাদোক।
—মান্নি—লাউই, ফাই। (মমাঙদা কদর !)
ইহে, অশোনবা কীগনবা, তাম্মোকপীরে
সঙ্গম্ন লৈজত্রবা? মতমসি হৈত্রবদি রাজবা ......?
—করিনো অরানবা মরকসিদা, অচুম্বা
থৌনা, পাঙ্গল, লৌশিং—ভাওবা তারবরা?
অত্থবু—হূরান্নবা, নরিল—য়ারকলোই য়ারকলোই? (প্রজানা)

(৪৮)

উইক্রুম উইক্রুম মুন্থরকই
মুংঙাঈরকই—সংসার অহদা—তাউরকই
অপাম্বম্ লৈতবা; মিংহৌবম্ পোক্তবা
ইমুন্দা মুম্থবা লমদম—উংথপুংদা।
—নাম্থোকখিনি, লোয়না য়োংশিল্লু। পাম্মু হৈ।
তাঙথ্রপোংনি—য়োংশিল্লু। (মৈথু)।
মহাদেব! নঙনা শাম্নরম্বা, নতুং ইঙ্কখমি।
—লোম্না থক্লগা হেললি, থোইনা থোইনজুম
থিংলগা হেন্না কাপনীংই, হে অনৌবী।
(মুপামচা ওইনা) পোক্লগবু, য়েংউনে অমুক্তং!
চিংউনে, অশিবা শাম্নসি?—
—নীংতম্বা কংলে, কয়াদা, মুংঙাইরবা!—মহৈ য়াম্লে
থোইদা চৌনি পীজবা
করম্বা মীনো? করি থৌরাংনো? (নহাকী)
—চোংশিনবিম্মু অপাম মৈরানবী শা
মৈরী-লক্ত—মঙালদা ভাওজগনবা। ?
ও! অতুংগৈ চীনাম্নী—(ওপিয়ম) কানিম্নী লান
অতুমকলা নক্রগা ললোনবন্না?
অয়োনবনা ময়ায়দা চেল্লি
অক্ষাবনা মমাঙদা তাম্নৈ
অচাবনা তুংদা ইম্নরি।— ? ?

—শেল লৈরমদ্রে; সনা মাণ্ডগ্রে !
হৌজিক্তা থমলম্বনি, করিনোনে... ? ?
য়োরকলে ! য়োরকলে—মখোয় থুন,
ঐখোয় য়োরক্তবা—
ঐখোয় থুন লাল্লকলে
লৈকাই শোকলক্তবা;
লৈকাই য়োরকলে—ইমুং য়োরক্লবা;
ইমুং য়োরকলে—ইশাদং...... !

( ৪৯ )

সাহেবখোয় ওইরে।
—মখোয়শিংসু.. সাহেবশী...... ।
উরেদনা ( উংপা ) ? ইম্মাই ! (মরুচংপী )
নখোয়সু খর য়েংহৌনা ! কান্নদবনি। [চ্যেকশিল্লুরা]
ও ! মপুন ! মপুন ! —লৌ লেপ্পবা
জীপ কার—মথোল, মথোল দলান—। (শান্নব )
—সার, ফনবা হোৎনজরগে।
মখোয়না হৌবদি য়ারগা।
ঐখোয়না তৌবদি করিগী য়ারোই .?
কদায়—পুথোরকউ ! (মচাদগী)
জেলদা ! জেলদা !
—নত্তে, অদোমবু সাহেব উন্নবীগেরা ? নত্রগা......?

থর পীনিংবতু, কদায়
শমজিনখুসি, কায়দে।
ফাকবা য়াদে—, বাবুমক্তনি
অচৌ ভাক্তনি
ললোনবস্তু, অপুবমু—সাহেবমক্তা?
—উমুব্রা? — উমুজরে!
সিমুক কোম্বা লৈবরা
সিমুক তোংব লৈগব্রা? ষৈনেছে!
ও! অহানবনি, মকোকনি ভারতগী! (ইকাইখিদে)
—ফজে দ্রগগী জেল—হোসপিটাল—
থবকদি কওহনলে, কান্নে।
থকউ, থকনীংবা থকউ
দেশ সেবানি, শিবা চংবদা। (নখোয়)
শান্নবীয়ু, অশিবা শান্নবীয়ু —? ? ? (শান্নহল্লগা খওজয়কনি)

(৫০)

থৌরাংনা ভাইজবা মুমিংতু ওসিনি
নিঙোল মুমিং নিঙোল চাকৌবা
কায়নলিংদনা কায়রবমু মিংকুপ অমতংদি
লেপপিখো, মিংলুগী পিরাং।
চাক নত্তে কৌরিবা
কৌজবনি মুংশিবা; মুংশিবা পীবনি

ওসি উনবগী মহাও থম্মোয়সে নৌরকইবা ?
—য়েন্দায়স্তু থম্লে, ময়োম ময়োম
থম্মোয়স্তু পারে, উম্নবগী পুংজাসিদা।
ইফদ-ফজরে; ইনৌদ নৌজরে।
—শিম্বুরকই খরায় থোঙ্গাল কানশিনবদা
থিংওমত্রবা পিরাং...পিরাং।
করিগী খওদে।
—খোঞ্জেল তাবদা পুওমদ্রে (লাকপগী)
লাপ্পরবা পলেম-পম্বোগী থম্মোয়
অত্থৈও ওইমজরম্বা মবুং মপ্‌ৱা (ৱাঙাওবা ওমদ্রে)।
লায়র ইনাক খুনবা মাঙখ্রে
মুংশি ফিজংনা কুপখ্রে
মফম, মফম খুদিংদা।
—চাকমস্তু খণ্ডদ্রে; থককমস্তু
ৱারিস্তু লোইবা ওমদ্রে
মুংশিবা ঈহৌ হায়ত্তু অসিৱা ?
শেল, সনা লুপাগী তাঙ্গাদনি (থল্লু)
ছাপলিবসি খুদোল নত্তে, (অকে-অমৌগী) অচম্বা
উংনবা নত্তে মীমাওদা
মুংদা পীবনি, মুংশিব';
থম্মোয়গী খুদোলনি মমল নাইত্রবা
—তৎপা, মনবা ওমত্রবা,

চংথ্রবস্থ শঙ্গায় থুংনা লৈহৌরে ( খোঙ্গুল তাহৌরে)
(পঙ্খৌ) ইংখোল চায়ঙ্গোইস্থংদা শাংহৌরে। (সুংশিবা)
মনি, হিংবগী, পুন্সিগী
ভান্দুনা লৈহৌরনি, মুংনাইদনা
সুংশিবা মালেমসি পাক্লকনি।
জয়, জয়!
নোংমদি পৃথিবী থুংনা
নিংভোলশিংনা নোকলরসন্থ।
–ভাইখো, নিংভোলবু থুগায়গন্থ (অভাওবা)
অপঙবা মিংকী মিহৌনবা থুদোলদা
লোংশিন্ন, নিংভোলশিংগী সুংশিবা ঈচেল
ময়েং তাখিনি ইরাং নত্তে! (নথস্তুগী নত্তে)

(৫১)

অতাউবা লৈকোন! (পৃথিবীনা) শকথঙনথ্রবী)
চৌংগা তমগা উম্নকম
পাংকী লাইজ ঈথেংকম
হানৌনা পোপতেক লোনবা লম
সুংশি কনা মশুংলাংগীনো?
অতাওবনি মালেমদা
চৌং-তম-লাইজ অহুম তিম্নকম
মহৌশা—না খুদোনবীবনি
খোয়ম্নাংনকম য়েংনিংবা কয়াম্নী।

বসন্ত—ঋতুনসু নৌহনবনে
থম্মোয় হুকচাংনা নিনবনে
পুনোম নোমলে ঈখৌপুং
কেন্ন-নৌনবদা লাইজসু ঈথক হৌরে।
কনানবু থাওভমগদগে ?
মহৌশা—না খুত্থম চললিডৈ
লোয়া ফুমথকসিদা, নোম নোম
পাম্বা কৈরেন উদেদো
শাদানবা কনা খলুদে
স্বর্গ—দশী—হেনবনি : নোইনফম।
ও ! ওসিদি—লাংতক্লফম
লম্মৈবু-কিবনে ; শাদানববু মিপাইবনে
মিলন ইপাই পাইরে
মুংশিবসু লৈতাদরে
অরাবনি, অরাবা !
মীরমদমদা চংখিগদৌরব্রা—।
নপাম লমদম থাদোক্তনা—
হিংচাবশিংনা নৈবদা, থাওভমদনা
মুংশি হৈবা কনাবু য়েংলকলব্রা ?
তথক তপ্পক য়েংলিবা ?
তাজনিংদে, তাজনিংদে—
শাচাবদা, শায়োকফম শীম্নবা

মহাওগী রাখলদা , ভাইহাকী রাখলদা
পৃন্সী—মমল খঙদবা—রারী-শিং ।
—ইকাট ইকাইবৈ—
নিংলেনগা পৃন্সীগা অনীগী—মরক্ত
লৈন্নরিবা—সুংশিংহেন্নবা মরি ।

(৫২)

"ইন্দিরা-পাক"
মিংদি য়েংনিংলে ।
—মুন্না য়েংলকউ, শকতমসে
কনা—কনা—উবগে ?
করি করি মানবগে ?
ইমোৎ মোৎলবা—, মোংশোং
য়েংশিনবীত্রবা তিলকাওগী—শান্নকম ।
—মিংদা পামজবা—মহাক্না
মতেংদা লুমজবা—কনানা
মোৎহনবীরে শকতম, য়েংনিংত্রবা ?
—ফজবদি পান্নগা—, ফজবদি য়েংনিংলগা!
ফজহনবদি—হৈজিবনরা ?
—থাদরকপা—মপৈন্ন—লৈকোনসিদা—
য়োরক্তনা—লমথাংদা থৈশ্রবরা ?
মালিন্ন লাক্তে ; মপুন্ন য়েংলত্রে ।

—মশাস্তু-লৈত্রবনিনা—. থরায়স্তু য়াওনিংদ্রে।
অশাস্তু উরকদ্রে লৈবমলবদি ফজনি?
তাং খঙলে, শকতম অহুমস্তু উরে—
—মিংয়েং,নখুং, থৌনা-য়াওনা।
মরুবা—মায়থোংদা—?
অহাঙবা—থিগল্লবা, য়োনগল্লববু চিংনবা—
—কিজবা—...??

(৫৩)

হে! নীংশিং যুম্বীরেন!
ফৈদা পুংগী অরোয়বা—
মুংলরোই, মুংলরোই—ইতিহাস!
অঙবা অয়েংবশিংগী থম্মোয়দা-নীংশিংহল্লনি!
তীর্থনি, মুংশি তীর্থ,অশেংবা
—মরৈবাক নীংবগী, কখোকপগী
অহৌবদা শীকুবস্তু, পোল্লোইদা অথৌবা—
কুপগ্রে অমোৎপা, অচৌবা-থরক্লা।
ও! নমনা কংগ্রে, লৈবাক-লোৎনা
য়াথোক চাউবী কংলা শা—
থম্মোয় শেংদ্রবা খুদোল। (পেন্নদে),
কদায়, নতম্বাকথক্ত, সনাগী ময়েক,
অশৌবশিংগী মুংলরোইদবা য়াহৈশিং,

পাবদা - তুজুংলবা, থুক লাউবা ? ( নূংপাকথক্ত )
—ঋতু নাইত্রবা শিঙেল লৈরাং
মনম মুংশি মুংশিরবা, য়েংবদা
শুমহৎলবা লৈশিং, লমদমসিগী ?
লাকলমত্রবদি কুমজাগী, ১৩ আগষ্ট
ফৈদাপুং থরায় য়াগুবমলোই, মিরলোষ্ট
—মুংশি ঈশৈ শকলমলোই :—
মালিস্থ লৈতে ; মপুস্থ য়েংলদে।
অমম্বা—অথেঙবা—অহিংদা
পামদবা কয়াগী চাক্তফম
পাপগী—থবক কয়ানা মাংহনসি .
কংলা—শা অহুমনা—থায়াং .শংনা
লাউরি, খোঙলি য়ুম্বীথক্ত !
—শেংফাত্রবা - মমি-দি -
তাহনা—লৈহৌবা-তাবে—
কংলা-শা ? শক্তম ?
কলাগী—খুথোক্লা ? মহৌশাগী মরিরা ?
অহুবু নঙদি—মুংশি থোরকফমনি
থৌনাগী— 'মঙাল পীরফমনি
কথোকপগী-লম্বী-থিরফমনি।
হে, নীংশিং য়ুম্বীরেন !

(৫৪)

হৌরকলে ?
অমম্বা-থেঙলবা-অহিংসিদা
মৈরা লাম্মী-শিং,খুৎলায় পাইজ্রব -
মায়কৈ পুম্বা-,-মপৈ,-মপৈ...
য়েক্লবা-কনাবু...থেংনগদৌরিবনো ?
অবিবা-লানহৌরা ?
—করি ব্রাৎলি, নরমদম
করিদা শোললি নপামদম
য়েংকা ওইগা থাল্লব্রবা—
অঙম অঙম পাঙনরবা ?
কদায়,হকচাংগী-অশোনবা—
থম্মোয়গী-প্যাঙদবা,-কিজ্রগনবা—
খুৎলাই য়াওদনা-লানহৌসিদা
কবম্না তোল্লবী-হ য়সিগে ?
—লীচৈ থৌশাত্রবা —
অহলগী ব্রাহৈ-তাত্রবশিং
চেক মোক লাউখিত্রে
শম্বল মখোঙদা লোৎয়ব্রে। (অঙকপা মৈরাশিং ?)
ও; নমিৎনা উরমক্কদা
ভাব তাত্রি—, উত্রি অশোইবা ? (লৈবাক মপু ?)
— নখোয়না-মোৎমল্লক্রবা —

লানজং লৈরে খোঙোয়মবা
মি য়ৌনদি ঙাইকদে ! ( হৈহৌ )
চৌংলৈবাক পীকলবা লমদমসিদা
থম্বাল চামনিপানগুম থোংলবা থম্মোয়মা
কল্লবা-ব্রহ্মহত্র লোংলম্লরবোই ?
মুপী লাল ! মুপী লাল !
কদায়দনো নাম্বোকদবা—
কদোমদনো চেনগদবা ? ( লাকলবদি )

(৫৫)

হুন্দোকলবদি লমহাংদা—
লমহুই, লংজা—কাকনা
মচেং মচেং শেংহুনা চাখিদি । পামজদে, পামজদে ।
ঈশিংদা লংথরবস্থু
ঙাগী-চৌরাক ওইখিনি, পামজদে ।
করম্না য়েংসিগে, উচেক য়ায়ানা
কাইদোংবা, শরু-পোলাংদা ?
মহৌশাদদি তিন্দবদি য়াত্রে
তিমবা শেম্বীরমগুনি, মপোক্কনি ।
—লৈমুংদা, মালেম লৈমগী তম্পাক্ত
পংহুনা লৈহাওদা চিনুখিয়া ।
মৈদা, কাংজালদা
উং ওইনা তিনখিবা ।

লমথুংদি অমত্তনি।
পান্দমস্থ অক্মানি, মওংতনি খেম্নবা।
করম্না থিগনি অচুম্বা, অশেংবা
অফ-ফত্ত—লোয়শিন্নবা ?
ও! করি অমুক লৎনগনি
করি অমুক হায়রক্কনি; পোলাংনা ?
শীনিংবদা শীবদা
তৌনিংবদা তৌবদা।
রাজহৌবতনি, লৈহৌবতনা ?—অশিবগী রাইত !

( ৫৬ )

হো, পম্হৌ অপোকপা
হো, পলেম ইমা ইবেম্মা ! (তারিগত্রা লাইরমলেন্দা)
—পি, পি—কপ্পা—তেংথাবা
অবোয়বা বীদায়গী—হৌনবীনি কায়নবগী—উরিগত্রা ?
—লাইরমলেন কদায়দনো
করম লৈরি থরায়শিং ? ? ?
রাখল লমদম—হিংহৌবগী
অরা মৈরী কোক্লবা, শাগী নাপল কোক্লবা
মুংশাংহৌনবা—মন্ত্র ?
—মপুগী থুরাদা ওমজবা হৈ-লৈ থরদং
অথুম-অচাও দান তৌজবা, লৌবিয়ু। (থরায়শিংদা)
নম্ভে, হিংলিভৈ খোশাহৌদে

পীজনিং পীজহৌদে
শেংহননিং শেংহনখিদে ! সিবু…?
সিনা চুমলিত্রা ?
সোরাংদা শেলগী লিলা
সঙ্গী কুম্মৈ—অনী—চংপী - মগু ..
শাল - কম্বল—ফজৈ ?
পুরগা—কংপা থম্মোইদি য়াওদ্রে।
শোংনা শোনবা শোননিংদনা শোল্লে ?
ও ! হিংলিভৈ, লৈমিন্নরিভৈ; নোকমিন্নসিদা।
চংনবী মচা অমত্তংনা পেঙ্গ্লগে।

( ২৭ )

ইচাগী—ইশুগী নিদনা !
ফজহল্লু. য়ামহল্লকউ, চোপ্পা য়াদে।
অফংবা অমা কৌরকউ, মুংঙাইবা…।
ইশুগীনি ! ইশুগীনি !…
ফ্রং, ফ্রং ! …..হঙঙা ! হঙঙা !
অমা চংপী, অনী চংপী, মঙাচংপী…ফ্রং ! ফ্রং !
মঙ্গল ওইরনি ! (ইশু) (ইচাগী)
—সাহেব মচানি; বাবু মচা
ফনা ফজখি—য়ামই ! (নীনি শুদে ঙাওনবা)
মাগীদি ফনা ফজখি……

হেন্দবা য়াদে,—(মৌগীদমক, মিংকী) ?
উদে, উদে,—তুংগী য়াম্ভে
খণ্ডদে, খণ্ডদে হয়েংগী থৌরাং
—মহা উৎচবোর মক্তনি।
ও ! কাও থারনি
তেরা মকোনগুম পাইহল্লনি। (মঙ)
—লাইনা তম্বা খয়াৎনি
মীনা তম্বা ওম্বরা
করি কাল্লগবনো কৈরাক্লপু ? (লুংঙাইরগা লোয়রে।)
—থম্মোয়দি—ইচানা মহেলাইনল্লিং, থোক্লমনিংই
রাখলনা—রাং; থৌরাংদি য়াওদ।

(৫৮)

(কৌরি)— লাও, লাও !
থাবল ফারবা অহিংদা
ঈহৌরবা তোব্বন্দা, শাম্নসি লাও !
ঙাওরে, থম্মোয় অনী—থোক্লেলসিদ।
লেঙমদরে, কৌরম্ব হম, হল্লা !
- অমুক্তং য়োজরবদি, মহর খারে পূজী
পাপ লৈবনরা, থনবদা মঙান্নরে
উপায়দি লৈত,—তোল্লিদ মপোকসে !

অশেংবা-হরিগী-খোঙদাকমনি
পূন্যনা থল্লবা-, তীর্থনি !...
—লাউ, খোরকউ, থাদোকলমউ ( নয়ুম )
মহৌশাবু য়েংজরাও
পুন্সী মুংশাংলবা ধর্ম-থিররাও
মুংঙাইবা দৃশ্য কয়া য়েংলোলাও !
করিগী—মীরমদমদা
পুরুরি ইপা-ইপুগী উৎ ?
—মমুং উদবা—নহাক্তি ( রাখলমচারা ? )
মপান খোকপা চেকশিল্লু। ( শা কৈনা চেঞ্জনি )
মরিন লৈবা কনানা—
মঙাল কংনবা চৎলুসনু। ( অচৌবা তীর্থ-শিংদা )
ওমজবা রাহৈ অমতং ওইরবসু—( থম্মোয় চাউজনবা )
ত্মমলবদি, লাইপাউ-নি লাইপাউ। ( অকবা তমলক্লবা )

(৫৯)

নন্নম কোক্তবা য়াদে—
কোকপা-লোয়রগা, কোল্লমউ
অতুদগী-থাংদা-নত্ত্রগা কৈথেন্দা ?
মরুমতনি উরিবা ; মশাতনি চানিংলিবা
মাগীদমক রারিরুদে ?
করিগী পীজরুনি, থিহ্না চাজরু।

করম্না—থমনি য়েনথালুকথাদা ! (কাঙ মরক্তা)
ঐনা—কাংথন মনুংদা, কৈজুপ মনুংদা।
করিগুম্বা ওমদবা উরুকলবা—থাংদা ! ( হাওনি, য়াবিদে )
—কদায়, নহাক্কী মুংশিবা !
খওজ্রি, হৈজ্রি—নৌরি ?
যনবী, শঙ্গোম পীয়ু, নচা পীয়ু
শীং পীয়ু হার পীয়ু
লো-খোয়য়ু—( লাইনি ঐগীদি )।
—ও ! কান্নবতনি লৌরিবা—
মুংশিবিবদি উৎতবা ?
মখোয়দা করি তৌরুনি
অগাপোৎনি, জীবমচানি।
হে, মুংশি খওজ্রবা, নশাতবু য়েংজবা
পূন্সী মরী খওজ্রি ;
চান্নবতনি হৈরিবা ! ( হিংচাবা ! )

(৬০)

জু ! চেশা !
লৈবাকসিগী-, য়াংমগী-শা উচেক -
মথল, মথা......উরনি। জু !
—উচিন্নু য়োকইবা, করি লমগীনো ? ( অঙাংনা )
—মথুলমক ! ? ?

কা য়াম্না ছাংলে, সিমু- সিমু... ।
মমিংদি থাই, মশান্নি উদে। ( লৈমুংদা · ? )
চুটি-পীথ্রবা জাংলা — ?
উং ! মনমশিদি — — — ?
শা পুম্নবরা, অপুম্বা পীজরব্রা ?
ও ! লাওরবা—, খপকল্লবা লৈরেদনা !
উশায় লৈরে ?
হে, লাইবক থিরবা-শা-উচেকশিং ! ( হিংহৌরিবশিং )
দারব্রিন থীওরি চুমলে
মতীক চাবতনা—হিংলে।
—নপাংশিংদগী তোঙালহল্লে ( নমনা )
শঙ্গ্দগী থাইদোকলে
মুংশিবসু কংহনব্রে ।
সিমুক লাইবক খিববু কংখিগব্রা ?
লাউরসিরা পৃথিবী—শিন্ন ?
—হান্না খঙব্রে, খঙব্রে—পৃথিবী উখ্রে !
( — তাকউদনা-কাম্নদে, পীশিল্লগা ( কনশি ? )

(৬১)

লমহুই মকোন থেংনরে ।
নিংথৌদা খর থাদরগা ( চৌংবী )
শুদনা, শেমদনা—আকাশবীল !
—রাদনা মুংঙাইজো-তম্বনি, তারম্বা মনি খুঞ্জবনি।

—পেক্লরেদনা— !

থোংদি কদায় ? লৈতেনা মকমসিদা !

ও ! কান্নদে-রিপিয়ারিং ভৌদবা য়াদে— ।

মমাঙ চহিদা রীপিয়ারিং ...... ?

অস ! করিনো ভৌম্নরিসিবো ?

ঈশিংনা থুদেকপ্রে থোংহু

শিদবা য়াব্রে, অনৌবা শাম্নবা ।

মখোয়না শিংবা হেনব্রা ?

চংখিবনা হেন্দে, লাকইবনা তাদে ।

—হন্দকীদি কাম্নে ।

এস, ওনা করিবা ; এ, ই; ই, ই না মুংঙাইরিবা

শেলগা পান্মুদে ।

কদায়, অত্থুগুম্বা লৈরিব্রাও ? ( মন্ত্রীমু )

আকাশ বীলনা ভোং লেপ্পরে ।

নত্তে, লৈবাকসি আকাশ ঙাক্ত ঙাইখিদনা ?

—মচা মগু আকাশবীল ওইনা পোকচরকচনি ?

হে : ? ? ঐখোয়দি আকাশ য়ৌফাত্তে ।

( ৬২ )

লেন্দ সিলিং—

অহেনবা লৌথোক্লগা, লৈজদবদা পীনবা ?

হৈম্না পৈশিন্দনবরা ?—লাইরবদা......?

ঙ, লায়রবগী মতেংনে ।

— কাম্নদে হৈনা তেমথোকখি
মচা, মশু, ইমুংমনুংদা অহুম
অমত্ত পাথোয়াজ্ঞে, ফজনা শিনখি।
—মপুগা থুংকা অমত্ত ওইগ্রে ?
আমিন তুমিন হৌম্নরে; লোয়াম চাবা শেমলে।
হুরানবা মশেলনা হুপ্রবদা
হুবাননিংঙাই লৈত্রবা চপয়ুংখ্রে ! (মমিং মনা)
—লৌপু ওন্নরে; র্বাংনা পাঙলমলে; হেক্তিলনলে—!
কেশ ! কেশ ! —শেল থোকফম ?
ফজনা থৌরাং তৌরেদনা—প্রাইজ লৈরে !
মীনা ফত্রবদা, আইন অর্থ লৈত্তে।
অশেম্বসু, অগোবদা শান্নবসু অমত্তনি
ফংনবদা থল্লবনি।
—লৈবাক অম্মুক চাউববু
কনানা কুপ্পা শ্লেংবা ওমগবনো ?
লৌ লৈজদবশিং, লৌ য়েঙ্গরি ? (সঙ্গ লৈবা গী)
তারাদা ল'য়রবা অমা—মমিংতনি, সঙ্গীনি ?
—উজনিংদে, তাংকী আইন, তাংকী থৌরাং ! (নহাক্না কত্রবদা)

( ৬৩ )

কংলা পাং !
ঙা হোংই, অমম্বদা ! মচিদা ! (পাংনিদনা)

—চাগদবনি, চান্নবা য়ারবনিনা ? ? ' (অঁজৈদগু)
য়োংনা থাই, শম্বল থাঙদে
—চেকনা চল্লি, চহি কাদে। ' (নিংথায়রিবা)
লাইকমনিদনা ? (লুখ্রবা মফমনি ?)
—কং. হুপ শেংবা কিন্নরে ?
ও ! ঠিকা, ঠিকা ঙাইরিবা। (ভোংইদনা)
—মালি হাপ্পগু কান্নদে......। (মমিংভনি)
ফমফম থমই, থুগায়রবগা, ইছু বগা
লৈ থাই, নাপী না চায়।
—অচৌবা লেঙলকপা— (অসোমবগী)—হৌরেদনা !
মঙাংসি লুমলকপনি ? (ঠিকা)
তোইনা লাকহনমিংই, লাকউগদবা !
—সহরগী মমায়নি—সরকারগী মমায়।
থি, থি—নমায়হু।
সহরসু চামশিল্লে; শুগু শুজিল্লে। পুমলে, পুমলে।
কায়রো কাল্লরো, পাওনম হিদেন
নিঙোল চাকৌবা য়ৌত্রিঙৈ (চোপ্তনবা)
অপুম্বা মথৈ অাউথখিনবা !
পুকদি ফম্নরেদা, লৈবাকমচাশা ! (মাঙনবতা)
—থরায় ইংহনলিবনি, ঈকংথাদা, পাংসিনা ? (সহর)

( ৬৪ )

ইম্ফাল ! ইম্ফাল ! ? ?
হুয়েল সিস্টেমদা লোয়শিনখিগদৌরে

লম. লৌশিং, থৌনা পূম্বা।
—(কবুই-কৈ ওইবা) হমুবী চাগে।
থবা চাও, থবা চাও
মমাঙথোঙস্থ শো লোল্লে; মনিংথোঙস্থ পোক্লোন।
—থবাতোন, থোঙ হাঙও, নবুং ভরেং- লাকলে...।
চেন্নে থা-রাং—লক্ষ অমা ?, অনী... ? ?
হিংহৌবনা কৈ মুংঙাইনা ! (লরায়দা ওইরুবস্থ)
নমথিনমহা পামজদে; চাংয়া ভময়াদা
ইংনা চাক্লা হিংজরুগে। (.য়াল্লম্লগা)
—চেন্নখে,  সহর হুন্দোকলম্লগা
লাপথোকখে, অস্থম অস্থম।
—নত্তে, চুম-শো ফাওবা লোয়না শিল্লরকদনা ?
ইম্ফাল ! ইম্ফাল ? ? ?—পঙথলৈনা...।
হাংলু, হাংলু-তাল্লু ! তাল্লু !
বন্দ ! বাজার বন্দ ! —?
—লৌবা লায়, থায়নবা-লুই। (ভাম্নবা লুই)
চাদবা ওমলক্কে, ফর ফর নীনিদা।
—পূক্নী মরিস্থ শাম্নরেদনা !
চূপলে. চূপলে—ঙক্কনা
তোংজে—থাহুনা চিংলেদনা।
—ইনিং তৌজবা ওমলিবা (কুশি তৌনা)
ঈশিং মুংশিংদমক মঙায়রকলে। (কুইনা জ্ঞান ভাদে)

( ৬৫ )

মহারাজ ?

বাদশাহা ? আমির ?

লোয়রেদা, হুরমানে—চারমানে

পোরোবী ওজে, হাওরমানে।

য়েংউ, শারবা কালেন মুংশাদা

হুমাং অর, অর, তানা—

অরাম্বা মুংথং থাঙ্গৎলিবা মহাক্কী পূন্সী।

থুগায়বা লেম্না য়াদে—

শুদ্রবদি নোংম', চাকখুম মৈহৌদ্রবনি। (মুমিংহু)

...ওন্নরবদি নহাক্না মহাক

অচুম্বা খর তৌরমগনি ?

ঙসিদি, নখোঙস্থ থাঙনিংদ্রে

নশাস্থ লেঙনিংদ্রে

শেলগী মহয়; থোক্কী দোষ। (লাক্লবনি)

অকা-অকুম খোলাই (জীপ কার)

শুম্মাংদা; খোঙ্গুম ; ইমুংদা খোঙথাংবা

ঘী-থাও, হাওরবা মথৈ—

অথুম,অহাও চা-কোফি মক্তা—মুংঙাইরক্নি।

লান লাকলবদি, চেনবা ঙম্নরোই

লন-থুমস্থ, থ্মগায়গ্নি। (উপায় লৈরোই।)

বাদশাহগী মোংকম ফুরা

মপান্দা—ফনা ফজরবসু
মসুংদা পোথাকম খওদ্রি। ( মৈচাক খাঙলি )

( ৬৬ )

ইমৌদনিকো ! ইচাদনি ! ( মকু মদোন হুরাওজৈ, কোকথুম্বা )
– ইতৈ লাকই ! কদায় ফিহু ? ( হন্দোকচৈ-, মতৈ )
কয়াদা, ফজথ্রবা-তাঙলবা লননো !
—কনানা – হৌদোকলম্বা, তম্বীরম্বা ?
করি লৈরিবগে ভক্তীগা মাম্নবা
পুম্নমক মায়থিম্নরিবনি মমাঙদা ।
কদায়, মুপা ঐগী-দি—
ইশাদি য়েংদনা—অহুঙৈদি
নোম্নবা লম্বী-লমথাং খায়দনা……?
হুমদোকহনখ্রে, নহাক্কী ফজবা—কয়া
তানবা ফংলরোইদবা, নোংচুপ-নোংপোক মরক্ত ।
—নমিতা – মঙায়রে
নশকতমদি মাঙশিন্নকলে ।
নোংমা তুংদা নদোম
খুত্থম শুজরক্কনি, উনা উনা মাঙহনখিবা।
—অরঙ-অরাকলক্ত, কাউনরকলে ।
অহুঙৈগী ফজব-লিচৎশিং ।
ও ! অরীবা মতম নত্তে—অনৌবনে !
অরী-অনৌ-তিম্নবা য়াত্রবা ?

কজবদি ফজত্নুনতা লৈবনি
মতমগী মথা পোঃন্দবানি।

(৬৭)

নমায় হাঁমোক্কি তেরে ?
ঐবুরা ? লুচীংববুনি।
—রাহোং মত, থেংলে—!
মী-লোয়না পাম্নরিবনি ; ঙম্নদবগী য়াদানি।
কম্নকমনবগী-চোংথোকপরা
ঙাওবগী —থোরকপরা ?
—লোংপা য়াদে—কাক ! কাক !
অরা খুংঙাই অনীদা।
—পার্টিগী-প্রীন্সিপল কয়া ফজরিবা—
অফবা-ঙাক্ত খল্লগা ইরক্রবনিনা ?
পার্টি-নত্তে, অফবা-নশাত্নুনি।
লৌয়াম চাবা, চায়াম পোকপা
কয়াদগী য়াগদগে, কমুনিষ্ট লুচিংবা—
খণ্ডবা-মফমদদি য়ানি।
নীতিগা নশাগা চান্নদে
ধর্ম্ম-খণ্ডদে, শাস্নবা-য়ারোই।
লৈবাক মৈশা লাঙগনি, নশা মৈনা চাকনি।
ও ! নোংদম্বা নহাকী নোংদমখোল্লা
নত্রগা—ঈশিং খুংশিং ফমনবনরা

চীংলোন মাপল কোয়খিবনরা ?
হৌরকপা উপাল, ইনৌ নৌরিষা, ইশোম "শোন্নিবা"
পুকচেল মচা ভাক্ত লৈরিবা ?
—অকনবা মুংশিং শিৎহননিংই, নৈর্হননিংই।

(৬৮)

অয়ো ই-মা ! ? ? ( অর্থ ? )
অতুরা-থৌনা-, লিংজেল
তিংখং য়ুবদা, থুদি-থিবদা-লাউরিবা।
—করম্মা থেঙনগনি
জঙ্গল-শা কৈ-মক্তনি।
লাউ-খোঙলবা—নোংলৈ-মুংশিংনা
ফুক্তুনা খোম্মা—শিংলকলবদা
নযুম ইখোল পাইখিবা-তাই ?
অশাবা—মচা নক্তে
অইংবা—মশু নক্তে
উরুমগী—হরাই মতোন
করি ওইনি, চৌন্দা চাউজবা নত্তনা ?
কদায়, রাংলবা...হিমালয় কানবা
শুকলবা—জঙ্গল থিনবা
লুরবা সমুদ্র কুমনবা—।
লৈতে—অরাইবতনি, মুংঙাইবতনি ?
– নরিল –লৈত্রবদা, মীনা তাল্লকনি

নওনা চেনগনি—মায়থিবা।
—মহৌশানা—শোলংলল্লবনে?
পীরি অশাবনা ফংঙমলরোইদবা
অইংবনা ব্রারগদবা—অইং-অশা! (অকবা)
—শীজিন্নবা হৈত্রবা, খওত্রবা অরেম্বনি—

( ৬৯ )

তৌমাং! তৌমাং! (কিজৈদা!)
তমথিরবা লাইনা-লাইচং।
মাস্থ-শেংলে, ঐস্থ শেংকনি
মাস্থ ককলে, ককনি।
নওস্থ লাওরে, লাওবনি
নওস্থ খুরে, মাস্থ খুরনি।
ব্রাংনরে, ব্রাংনরকই
কোংলি, কোংনরকই।
মোরে চংলি, মরি-মরি......
তুমু চংলি, মরি মরি..।
লাইনা-সি লৌনগনলিদা! লাইনাসি?
পান হুকান কমই, হুকানমক্ত
কা চায়, অঙাংস্থ মুবীস্থ।
চম্মৈপে য়োঙ্ক চম্মৈলৈ ঙাক্ত।
থকত, অথকপা মক্ত

ফোর পুরকই ফোর, ফোর মক্তা
শান্নরে হাওশিমক্তা হাওশিমক্তা
টিকেত ককলে, টিকেত লোমদা গুরুং!
তৌমাং! তৌমাং! তৌমাংনা লাইজুন্নবা লৈবাক।
শান্নবা হৈতে; পোখাবস্নু হৈতে
চাবা হৈতে; থকপস্নু হৈতে।
—অঙুননি ব্রাথোক ওইরিবা, থবক খুদিংদা।
মীরৈবাক্তদি হৈমানে...! হৈমানে!
থকপস্নু, চাবস্নু লৈবাক ব্রাথোক ওইদে।
শান্নবস্নু, মুংঙাইবস্নু মনিল নাইদে।

(৭০)

নশাগী অশোয়বদি য়েংদে
মীগীদা ময়েংই
করম্না য়ান্ননি ইবাইনী লমদমশিদা।
খঙনা খঙনা চুমথোক্লদে
উনা উনা উশিন্নদে
অস্নুক কৎনদবা মহিংবো।
অচুম্বগী নত্তে পুন্নমক
হেননিংবনা ইশানা
শিনবতনি, মরাল ইরাল।
চুমই, লাজ্জি তাকউবা
অতাকপনা লান্নরি

অৱাবা হেন্নত্নম ফংনৱি। (যুগ অমনি)
উৱবস্থ উদে
খঙলবস্থ খঙদে
অশম্বা লাইৱানি মতমগী। (শোকলক্লনবা)
অনীৱক দগ্ভি ফংই
কৱি কান্নৱি
কৱিগী তাকউনি।
থিনা থিনা ঙাঙনৱগা
মুংঙাই, পেন্নে; (মমলি, ঙাল্লি)
ভুৱগা, খবাক খুম্নে হৌনা হৌনা। (শোয়বা উৱগা)
—মীস্থ নত্তে, শাস্থ নত্তে—পেস্থনি পেস্থ।

(৭১)

কোকলে—মরু.. কোকলে!
মপালদা লোয়শিন্নেদনা?
—পানবা ওয়ৱোই, হিংচাবশিংসে
—মুত্নগা চাওদনা, কনাগীনো থাৱিসিয়ো: (খঙনদে)
—য়াম্বৎপনা মতীক চাই
চাৱোই, পীজৱোই অমত্তা। (শাওনা)
—থাউ ওয়গা, হুৱান্দুনা চাগনি।
—হৈ, হুৱানবা—ও! হুৱানবাও! (থৌশ্নামদে, খঙদবনা)
মপান্দগী পুশিল্লকইবা

কমলা, চম্প্রা, শেম, হৈনৌ......
হাওইনে, থুমইনে। ( লৈম্নবা )
চাবদনি—কান্নবস্থ খওদে ; মাওবস্থ উদে।
"উহৈনা পূন্সীনি পূন্সী ? "
থাবা লেপত্রবদি চহি চহিগী—
হৈকোন মাইকোননা থল্লনি।
হৈনা—ওইবা, হৌবা ওম্রা ? ( আকাশবানীগী যুগদা )
লেম্মা ফংবা লৈরি ?
—রা ঙাওনিংঙাই লৈত্রেদনা— |
ও ! তম্বীবা তারি চহি কয়া কয়া
হৈগী ফজবা, হৈগী মমল !
ইশুগীনিকো, পুংদোনসি চাউরগা...... |
—ঐগীরা পুপু ! ? ?

( ৭২ )

লৈকোন অমদং স্বর্গগী—
উজনিংই মহৌশাবু ওমজবা ?
লাইনা থাবা লমদমনি
মীনা—শেম্বা হৌনদে।
হিংবতনি পামলিবা
চাবতনি হৈরিবা।
লাইনা-শেমজরকনি লাইগী লৈকোন ?

—মুংশিংনা হুমলকপা
ঈশিংনা—চাইথোরকপা
শা-উচেক্কা লংথোকলকপা
লাইবক ফবা মরূতনা—
শেমজরবা—লৈকোন—চীংমুংলক্তা ।
—মথন্তু হৌজবা কেতুকী—
মদোম শাৎচবা; নারক মোংশোংলক্ত
মদোম কেনজখিবা, চিনবীনবা য়াওদনা ( উবদা )
বসন্তগী খোইনিং মরোল থোক্তে
পাক্কম স্নুরস্নু শুত্রে, কোকিল
খোইমু খোইরাবস্নু ঙওনিংত্রে ! ! !
পেল্লে,—উজনিংত্রে ফজনবা শেমনিংত্রবা থস্মোয় ।
কনানো চৎনিংলোইদবা
হেঙ্গিং গার্দেন ; বৃন্দবন গার্দেন
স্বর্গ—লৈকোন- শুমহৎথরিবা—?
—লাকহনিংই, য়েংহননিংই ঈরৈকোন ।
নখুৎ থস্মোয়দা ঙাইরে
মহৌশানা চানবীরবা চীংলমদমসিদা
পৃথিবী-না উথিদ্রিবা লৈকোন অমনী । ( শেম্নবা )

(৭৩)

পোনগী—চোঙঙা অমুবী—
শকপা পোনবা ঙমই—

রাম ! নাম
অরাগী তেনরাস্থু শোল্লি—
হরে কৃষ্ণ, হরে, রাম...রাধা কৃষ্ণ...... !
তম্ব় তম্বীরবদি-, ঈরোন্দা শোল্লিবা
অঙকপা নত্তে, অঙকপা।
—( রুশদা ) লমহেনবা নহা ( লম্বীদা )
ফুই, রারকই অহলনা
নোকমি নোকমি হন্দোকখি রুশপাখং।
—থোবান্দোং চক্ষু কায়নবা য়েৎরা - -( খুঙই )
( শোমদনা ) উৎশিত্তবা অহলবু—
য়েক্লবগুম মথুৎ হনবা—
অহল খুৎফুস্থু খঙদ, অর্থস্থু উদ ?
—খোঙনা খুৎনা শোকফদে
মমি নেৎহৈদে—ফজরমইদা ! ( অহুতৈ মতম অমদা )
মীবু মীওইনা উন্নরম্বা
অহলবু ইকায় খুম্নরম্বা, লাকখিগদ্রা ?
—পামলিদ্রা—অহল নহা খায়দবা
থকশি খাকশি লৈতবা লৈবাক
অঙম অঙম ওনশিন্নবা-হিংচাইবাক ?
—তম্বীদ্রবদি মীওইব ; ফাজিন্দ্রবদি ঙহিবঙমী, শাথিরবা শানি।

( ৭৪ )

মথা-শাই—য়াওশঙ ( লাকপা )
থাবল চোংবা, শেনখায়

হোল্লি লাকই, দক্ষিনা
মৌগী চাকচাইহেজনবা-কুম্মৈ
ক্লব নহারোলগী—স্পোর্টি—
লৈকায়, লৈকায় মথং-মথং
য়ামজবস্মু শাপন্নুং ? ( চৈবস্মু কিবা )
মথা চোংই মথা নীকই। ( এম,এল,এ )
—ভলবনা কৈদৌনি—? কোন্নগনি ময়ামসে?
করি উপায়? মকম কদায়দা ? ( থিরকই ? )
—শেলনা লুশিল্লকলে ; প্রজাগী-লায়রি
মণ্ডলম্বা মণ্ড ওন্নরে, য়াম্রে। ( লান্দবা )
—নখোয়দা পীবা য়াওখৈ,-চাম্মা......
বখোয়দগী-লৌবা লিশিংদা—
· তোংইনে—লৈরেদনা ?
খণ্ডন্নরবস্মু লেন্না য়াররোই
শেল য়াওদনা য়াপোৎ নত্তে।
—চৎলিবত্তু-উরেদনা ?
খর পীশিল্লকউ ; তুংদা......
জুরার থাবগুম থাওদনা।
—ঐগী—দাও, নওগীনি
ফাওরগা থাজিন্নৈ, [ ফাওনদে য়াম্না ]
মথংদা ফাওরকত্রা ? মথংদা ?
—শাদানবা, ফিরাল মমায় চুমলিদা

লাংদা পাইশিন্নকই চেন্নাচাশিং!
"অঙবা, করি য়াংদি মহাক্কী"
মথা শানিংঙাই লৈতেনা।
প্রজা লৈরি, অন্নাংপা মেন্নবা
হৈরগা লোয়রে শান্নবা। (কুকাং)

(৭৫)

লোকচাউদা—মোরে বস...!
করি হায়বা, চংখিবরা? হল্লকপরা?
...কনা কনা য়াওবগে?......
—মুপী-মচা অমথক্কং হিংহৌই...!
—গাড়ী পুংগু গুগায়, ঈমক্ক...! লৌবা য়াম্রে।
হে! মনাগী সনা! ঙকী লীক!...
অমত্তা য়াওদেনে—অমত্ত পক্কে!
—শেলগন্নু—ইহাং হাংলমলে বেগ?
অস: অসি ঙায়বা লৈরেদনা, (লমশেন)।
লৈবাকসিদি—অশিবা-লুম্নরেনা?
মুংশিবা, খঙম্রবা অন্নাবা পোক্কবা থম্মোয়
চৈনাখোলনা ওন-থোইরবা
লানঙমদনা-লৈরবা হকচাংশিংগী—
লাউথোংবা, নাহেবা-কাউবা-ঙমলিগদ্রা?
ও! অঙকপনি—মোরে থম্মোয়!
অকিবনি—মোরে খুং!

চেনশিন্নখ্রে—চেনশিন্নখ্রে ?

? কন্নবা ? মতেং ? ...... ? মী কন্নবা নুব্বে !

গাড়ী য়াদবনি !—( তুমিন্ন হন্নখি )

—লাইবক, লাক্লবোই থল্লুররনি ।

মখাথংবা-, ইবাইদি হৌগ্রবমি ।—( থম্মোয়দা )

অসিরা লাকইবগী আশা

অসিরা হনখিবগী নিংবা কায়বা ?

—কিরে, মীশিংসে ! —শেনমী-শিংসে !

(৭৬)

নীংশিংলকলি—

নোংমা চৈবাওচীং কান্নমিন্ন—পুক্লিং চন্নখিবা .....

মথেল কয়া লান্ন , ইমুংমন্নুং......

লোয়খি থম্মোয় মুংশিবনা—

—পূর্নিমা—থাজনা জলকেলিগী চিংহন...

ঈনৌ নৌখি ; থম্মোয়দা শান্নখিন্না...

মুমিৎতু—কয়াদা শুমহৎলি—

পুং—শেল কাংলী মোইমুংগী-থোক্লোমমা

ভক্ত—বৈষ্ণব না— নোন্নবা,নহান্না-শারেঙথোরমনা ।

লৈকাই-থুঙং লাইশোলনা মিলখিবা ।

—শুক্লা-মমলবা-থাবালগী-অচিংলো

কৈশুমশঙহ্ন পুমঙাল ঙালখি

মুংশি পিন্নাংনা লেপ্তনা-শিন্থখি ; থম্মোয়সে কাপখি ।

ও ! নহানা ইরাংদা ; অহলনা ভক্তিদা ।
ফমমিন্ন য়াম্না নক্না-, তনৌরুবী-পেন্দ্রবা নখুৎনা, চাপখি
লিক্লোন মরু , থম্মোয় পো হুনবা-কয়া কুইনা ওমখিদে ।
অহুবু- থৌরানী জ'ম্ম-গী — অহিং ঙাইওমদে !
ধ'ম্মনা অমা , থম্মোয়গী—জ'ম্ম,- ননাক্ত...... !
—নহাক্লীদমক, মৈকাপ-পী, বম্বুলা হন্ন হন্না......
বরগী — অহিং. নোংনা-চোৎখিবা খঙখিদে
চোৎলবা—থম্মোয়না,- শক্তিবু খিজরকপদা ।
—অহুক য়াম্নবা—লানমী—মরক্ত, অমতং উখি—বরহু ?
চেৎশিল্লকই,, লাকশিল্লকই, থা অমনা থা অমবু ?
স্বৰ্গ-গা-মালেমগা শিন্নখি :—
শুম্মাংদা-মেরা-থাওমৈ মঙ্গাল-লক্ত
শুমহৎলবা-ভক্তিনা-মালেমদা চিংখিবা ।
...নোংঙানগনি কাষ্টখি নহাক্নী পো য়েংকদা ।
কয়াদা ফজপ্রবা ? মুলথোং-মুমথোং
মৈ মচা; মচা, খুপ থাওমৈ...
চোয়না কেৎকলররা থরা-মৈরাংশিং ?
নওতবু য়েংবদা, থম্মোয়সে চপ্প লেপ্পত্রি ।
মুংশি—কপ্পখি—নপ্পামদা হরাও হরাও লাকখিবা
—মতম কুইনা উমুরুদ্রবশিং—মুংশিবশিং—
—শিহুখি মুংশিমন্না পি—নোকমিন্নবশিংহু ?
তাঙনা উম্নবগী-মুংশি ঈথক্না

নিকলে ঙসিদি মুংশি লমদম !
—তর তর চিংশিল্লবা রাকচীং উন-লক্তা
ইংখিদে; নহাক্কী ননাক্ত, নোংঙাল্লমদাই
মল্লির থোঙ হাঙলক ?
মালহৌনরবা মহৌশা—
য়েল্লিং থা—কয়া ফজনা নৌরে
কয়াৎ খুদিং য়েংবদা ঈহৌরে—
মচু কয়াগী ফিজেৎলক্ত থম্মোয়সে
কোয়চিং চিংহুনা পুরে।
নঙগী কুম্মেদা পোখানিংঙ্গবা ?
লমদা থাঙজা-হেঞ্জুগী দশা কিখি নঙগীদমক।
মকোয় মাল্লরবা পাক্লবা পূর্নিমা য়েংবদা
পেনবা নাইদনা,অশংবা, অঙাংবা
হন্না হন্না চায়শিল্লবদা, করিস্থু চোকথদে।
—থোৎলবা খুৎশাশিংনা চেৎনা পায়শিল্লকখি
মরক মরক্তা, থম্মোয়সে খাঙবদা রানা রানা। ( চোংলিঙৈ )
লৈবাক নোমখিবা, মাপেম নিলখিবা-পেল্দনা ?
—মৌ মরক্ত ইকাইনা চাখিবা, লরু লরু—
মচুম তানা কেনা—অহল-লক্তা খোংজোম পর্ব্ব তারিঙৈ
বসন্ত রাসকী শাথেকদা থেকপা য়াওরি
নহাক্কী-নতুং ইন্না,সুর, তাল-মরক্ত।
—অসিরা-ঐহাক ? নহাক ?

মুংঙাইমল্লত্রা? অরাবা লৈত্রবরা?
—ঐনা হারৌ, মানা ককচেং?
মানা হারৌ, ঐনা + ?

(৭৭)

মখোল অমা—দোং!
—দোং! দোং! ?।?
বমবুলা মান্দে!—হাংলমলে!—তুম্মিন লৈয়ু।
—হুন্দোকলমলে,—কোংথোকলগা পীরমলে?
দোং, দোং! অমচ্ছা?
লৈকাই তুমিন, থুঙ্গং চপ।
—পঙথৈ লোয়না; লাউবা ঙমদে।
যুগ অমা! যুগ অমা!
—মরু, পুন্সী, করম্বা-পামই?
মৈ-চুবদি-নখোয়না চুরমলগা
সি উত্রা? (কি)
নকোক অত্থু-করিনো? থম্মোয়ত্থু কদায়,
নমিংত্থু-করিনো? কিমিম্মিংগো?
অরানবনা লোমহল্লগা, চেনবা য়ারোই।
ঙাইখো' নখোয়পুম্বা! (মন্ত্রি, অফিসার, ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার, ঠিকাদার)
দোং, দোং, দাং!
লৌথোক-লৌশিল? লৌথোক-লৌশিল?
—অচুম্বা? খর চুম্বা? খর হেন্না চুম্বা?

দোং — দোং. — দাং !
লৈবাক লুচিংবা থৌমনদে
লৈবাক ব্লায়েল শোনমনলি
অচৌ মচা থায়মনলি ।
— ব্লাকৎ — দোং, দোং !
করাম চাওবা, নতুংদা ?
— লাঞ্জরে, অমুক্তংদি... তৌজররোই
— চুপ্রে?

(৭৮)

লৈকা চোইনা তারমলে
নুংশি লৈরাং শিঙ্গারৈ
শাম্বা শারাক তম্বদা
পাম্মু থম্বাল কেল্লে ।
পাম্মুই, পাম্মুই ।
লৈবাক নিংথৌ পান্দবরা
লৈকায় থুঙ্গং নাইদবরা
অহিংবনা চুম্বরা
অশিবনা লানবরা ?
কদ্দিগী ব্লাকৎতনি ?
মপু ব্লায়েল 'কিদমা
শাংতমদনা শাংপা লৈরাং
হৈ-লৈগুম থংতুনা মালেম লৈদা

নৈথায়হনা লংথোকপা
পূন্সী মকম থগুক্রেদো।
ইশাবী কনা লৈতবরা
ইশানৌ কনা তাদবরা
সহর ময়ায় মকসিদা
উৎশিৎমন্দবা নত্তরা
শানৌ করি চৈরাক ফংগনি?
চীংনুং লৈরাং অনৌবী
চীংমায় থক্তা নৈথায়বীগুবী
মীচং নগুদি কংথিত্রবী
মুংশি থরায়না কুম্লক্লবা
শঙ্গেলথোঙগী থোঙখাদা?
চিন্নবা লৈরাংনি চিনলুনা
লানগল্লবা মীওই মপোকনি;
শাদা ফাওবা খাক্লা খাদমই
করি থম্মোয় পানবনো?
করম্বা জীব ওইরিবা?
কদায়, মুপীগী লাখী অকনবা?
—সেঃ সেঃ অঙম্বশিং। (লাওরনবা)
ফিম্নু শেৎত্রে, শেৎপগীমুঁ কায়্রে।
চীংগী লম্মন—তমগী—লম্মন—?
চীং-তমগী লম্মন অচোবা ঊওা।

(৭৯)

লৈকাই তুম্মিন—
রা লাল ঙাঙবা ঙমদে
রাহৈ অমতং কাংনিংদে।
থুননা লৈকাই ঙায়
লৈকাইনা ইমুং-মচুং।
—পঙথবা যুগনরা?
নত্রগা থমাইখ্রবরা লোয়না?
লোং চৎসি কদাই
লৈকাই হৌসি কদাই?
—ঙসিনা করম্বা
ঙরাংনা করি?
লৈকাই, লৈকাই! (কনা কনা লৈবগে?)
অমত্তা খুমলক্কে—থোঙ ফাওবা হাঙনদে।
—কদায়দগী নচা-নও থোরক্কদগে
নখোয়না থোঙ লোল্লবনিনা?
ও! লৈবাকসিবু—তৌনিংবতা তৌহল্লব্রা?
—মতমসিনা ফত্তবসিদা—! থোকপা......
মতমগী মরাল! অশোনবগী যুগ?
—মী, মীনা মী উদ্রে!
মী শেৎলে; ছুপ্তেক্লরে।
হে! মপু, থৌজানবীয়ু।

–মপান থোক্নু–কোম্বোং লানগন্নু
মতম লোয়রে—
হিংহৌরগা লোয়রে–।
লৈকাই! লৈকাই! কনা কনা...... ?

( ৮০ )

হৈমা! পুক্ত তৈশিল্লকলে!
সো তৌন্নু মীমাঙদা
চপকে আ য়ৌনা ?
—সমাজ মমাঙদা কাহেনবা
য়াদে রারকফম থোকই!
অথিঙবা লৈন্ত্রবা মী শানি।
—ইশাগী চৎনবী ঙাক্কদবনি
ইশক খঙহননিংই। (পীক্লবস্নু)
ফিজেৎ–মীমাঙবা, মীঙৎপা–
মতৎ, মচেৎ—অপাবা (অউবা) মাঙহনখো।
লমচৎকীরা ? নত্রগা
ফিশেৎত্রিঙৈদা ওইরম্বা সমাজ
ফিজেৎলবা সমাজগা করি খেন্নবা ?
পুন্নমক রাখলননি
ফিজেৎ নত্তে মাঙহল্লিবা
শানি মীদা লৈরিবা

য়াখল লৌবা, শীজিন্নবা। হৈক্রিবা।
য়েংউ. ফজনা লোয়শিন্নরে—
চেকশিন্না—শেৎনখ্রে।
লৈকাইশা, য়েংবা উবা হৈক্রিকো
য়াম্না নেমলি! (মিৎয়েং।)
অঙাংমচাশিংসে! চাউরকখিনি!

(৮১)

নতুংদা! নতুংদা!
ই...মা—ই-মা! (শারা/অঙাওবরা/কত্তবরা)
লুতোন শাৎলুরে; ঙাওশিন্নমু।
—নতুংদা লাকলে! তূ!
? ? ? লাকচসম্নু! (উদনা)
নাম্থোকপা ঙমলরোই?
—কোয়না—চাকশিন্নক্রবা প্রলোয়গী লম্মৈ।
উপাল-য়াপাল—নোংমৈগী থৌজালদা
অশংবা মনান তাঙ্গোয়
অক বা উশাশিংন মৈতান।
—লম্মৈ চাক্রবা চীংমাগী খরায় প্লারখিনি
নোংদোন লীক্লা খীকপদা অহিংগী;
কুমগী শিদ হিদাক চায়বদা (নোংনা)
অনৌবা অশংবা, য়েন্নিং কুপ্পনি।

মফমদুদা, হিংমিল্লবগী ধর্ম্ম থওলগনু
পুন্সী মমল উরসনু
থম্মোয়দগী লাউরকসনু—
ইপা-ইপুনা পামলম্বা—"লাইরৈবাক! লাইরৈবাক!"
ঈশৈ ওইনা শকলবনু
খোল্লাও ওইনা লাউরবনু
মথোয়গী থৱায়শিংনা পেনজনি। পেনজনি।
—থৌনা, লৌশিং, লমচৎদা লাইগী খুভম ভাল্লকউ? ?

(৮২)

বন্দ! মণিপুর বন্দ!
—নরৈবাকদা হনখ্রো! হনখ্রো!
লৌমনলি, ছোনমল্লি—লমদমসিবু মুংশিবা নত্তে? (নখোয়)
লৌবা লায়, খায়নবা লুই, বন্দ!
বন্দ!—"মণিপুরী, নিপালগুবদা য়াওহল্লু"
থুৎকনবা, শাঙ্গলবা, চাউজবা তাবনি,,
লম্বেল মথে মনিং মগ্না শেমজিল্লি?
বন্দ! বন্দ! গাড়ী বন্দ!
অরাং বন্দ! মথা বন্দ—ফুরকপগী।
—ভারাগী বন্দ!
বাজার বন্দ! বন্দ! —ফম পীয়ু।
এডহোক লৌথোকপীরে? (অনৌবা ছাপখ্রে)
বন্দ!— বন্দ! মণিপুর বন্দ

টেক্স বুক ফংহল্লু ! (অনৌবা সেলেবস, অনৌবা লাইব্রিক)
কংলা বন্দ ! —মণিপুর বন্দ !
অসাম রাইফল হোংদোকহল্লু।
বন্দ ! বন্দ ! (পুং হেন্না হেন্না খাংদোকললকনৈ)
লৈবাক্কীরা, নশাগীরা ?
বন্দকৌবস্থু রাদে, বন্দদেবস্থু শোক্কে
লাইরবতনি চৈনা ফংলিবা। (খুদক খুদক্কা)।
অরৈবনা কদায়ব্রদগী উগদগে
চারা তাঞ্জবা লাইরবশিংগী অরাবা
মৈ মুৎলবা চাকথুম ? (মখোয়না)
মশাতনি উজরিবা, মিংচৎতনি পামলিবা।
থৌনাস্থু লৈত, রাস্থু রানিংদা
চারা হেনবস্থু হেননিংদ; জেলস্থু চংনিংদ। (বন্দদৌবা)
ও ! হেক্কা শিংনরে, লাইরবশিংদা ?
—কদায় বন্দ ? কদায় বন্দ ?
—বন্দ চারগে ? বন্দ চারগে ?

(৮৩)

ফল্লাং লোয়রে—অস !
"প্লীজ, ভোৎ ফোর—ভোৎ পীবিয়ু।"
করিমত্তা থম্বদ্রে। শুন্দা চৎনরে ?
আই ! য়েকশিল্লমলে ফজনা থমজবা গ্রেৎসিদা ?
ও ! এদভরটাইজশিং মমাম্বদা থাজিল্লমলে নপল্লিমলে !

অকবা অনানবা উবা য়াদে ? তৈশিল্লগা পেনবগুম... ?
.. হনখ্রো ! ...নিপালগুবদা চলহল্লু। ...দন্দি পীযু !...
—ফজনা তমলে—রাখলমু য়াওদে।
মীগী মমলসু খওবিদে; অপাম্বসু উবীদে।
তূ ! আ ফল্লাংদা থারিসে
জাং জ'ং ..খোংচিললিবশিং। (এল, পি দা)
হো ! য়ৈরক্রেদনা মখাদা
মথক্কী লাইনা নত্তে; অরিবা লাইনানি।
পেন্সিল পায়—হেক্তা য়েবনিংই, খোংচেনিংই। (চেকু-হেম্বদা ফল্লাংদা)

কলম পায়—ইনিংই—থানিংই—থানিংই... ।
—মায়দগা য়েকশিল্লকনিকো ?
লমদমসিগীরা খম্বদলাইচংসে ?
ফজবসু পামইবনি
অরুবসু লৈহননিংবনি
অত্থবু খুংসিদি হেক্তা লাননিংই ? (লাইরিক্কসু থেংনরবনি)
য়েংবসু হৈতেয়ে—মীগী হাইফেং উরগা...চাউচংঘিনে ?

(৮৪)

নুংবু মুংশিরমত্রবা
ঙাওসু ঙাওলমলোই
চৈনিংবসু চৈরমলোই
পানসু পান্নমরলোই ? (মুংশিন্নমকদা শাওজবনি)

—পোক্লফম লমদম লমমুংশি !
মুংশি নওগুম ফংওমলোই
মালেম লৈদা অতাওবা
খরায়গী পোথানফম স্বর্গ—
পুক্লীংগী-শান্তি-লৈকোন।
—নৌরবা-খুৎচাগী-জগোয় খুৎথেক্ত—
ইংনা শুমহৎলবী-শাথেক্ত
তাইবঙ শিম্না—ঙাওনরিবা—
পোক্লফম লমদম লমমুংশি !
—ধর্ম্ম-মশেল য়েংথিনদে !
জাতি মশেল মুক্লদে ;
থোয়না শাদে কালেন
ইংস্থ ইংদে য়োৌনা
পোক্লফম লমদম অতপ্পী—।
—থম্বাল লৈনা লানবন চীংলোন
লৈয়োম্নুং তমপাক, তোমথিন মনি,
মুরগী ঈহৌফম;
অকনবা নোংলৈ মুংশিং য়োৌঙমদবা
শান্তি লমদম লমমুংশি !
— অরানবা থোঙথাং উরকলে। (তপই)
অশোয়বা মিংয়েং খওল্লকলে
অশোনবা থৌনা মাওশিল্লকলে
জয় ! জয় ! লাইরৈবাক (রাহৈদ)

## শিংলিবা মুংশিং

অস! লোয়রেদনা।

অফিস মচা নত্তে, সেক্রেটরিয়েৎনিকো

পান্নবা—মীস্থ থমলিবা?

খু-থাবা ওম্বা অওম্বস্থ ফমলিবা?

?—ও! চপ-পী অমা লৈরে।

লমহুইনা মন্ত্রি ফম পায়রে, চৌকী ফমলে

—ইকাইরোই, ইকাইদ্রবা মী উপায় লৈতে;

অচৌবা মচা খায়দে।

—কদায়রাইদনো? কদোমদা? (মপানথোকফম)

উং! য়াদ্রে— ময়াম, খাওবা ওমদ্রে......

ইমা ইবেন, থুরা মাম্মা—মিং য়েংনগুমসি,

বাজারনিগায়না—মী শিরমনিদনা?

—লৈবাক মপুশিং! ঈশিং খাও পোকখায়বা তারে

শোইদ্রবনি লাইনা—কিদনী শোকনা।

ইঙোথোয়, ইকাইক্লরম্নু—লাইনা পক্তৌ শরুক!

—হুই ইকাইদবশিংসে! [illegible]।

ইকাইদবস্থ হৈহনবীরে, লাইনাস্থ পকহল্লে?

—বাজার পুবশিং মমিং মুৎথৎলো—থমলুরম্নু

(শেল তানবনা লুবনি)

লৈবাক হোৌবা য়াবা নত্তে। (মপানথোকফমগী)

—হকচাং ফরনি—লোয়না থিংকৎনরে?

মালংদা ওওহুনা করি কান্ননি?

## শিংলিবা মুংশিং

হৌজিক্ত, লৈহৌবহুবো ······

মঙলনে ? চেনমাং মাঙলিবসিবে ?

ফাইল মাঙলে—কলম লৈরমদ্রে······ ।

—করিনোনে, অঙানবসিদা ? ( অফিসসিবো )

সার, ফিলটর লৈরমদ্রে, বল্ব য়াওদ্রে······

—থোঙ লোল্লমদ্রনে ? ( চৌকিদার )

সার, মাংমক্তদা থিংজিনজরম্বহুদি······?

—ভুত, শান্নবা লৈবেদনা ?

চে লৈদ্রে, ( ওবাং লৌখিবহুবো )

আই, ফাইলগী চেনাস্থ য়াওরমদ্রে ।

—সার, গাড়ী বেট্টরী য়াওরমদ্রে··· ।

ঙাইখো,—হল্লো ! করি·····কয়া ? অস !

ইমুংস্থ, অফিসস্থ চংলেদনা ভুত ।

—অবোক, খামেন অমত্তা পানলমদ্রে !. ( তেকথহৌবহুবো)

—পাবা, কোস্থোংজে য়াওরমদ্রে······।

—ওসাই, মনিংদা ফৌরম্বহুবো ·····?

ও ! নশা হুথিদনবা চেকশিল্লু ।

লৈকায় য়াদ্রে, ইমুং য়াওরে ?

—অস্থুক য়াবা মহিংসিবো, করম্না পান্নি ?

ও ! তোক্তরসি—মওনরগুম্বসি মহৈ মহৈ······।

নত্তে. থুল তুমজিমথৈ তারক্লোই ? (চাকপদা)

লৈবাক মচাশা, হিংমিন্নসিদা !

## শিংলিবা মুংশিং

লৈয়ক থুমলে, নোং তাফাংত্রিগৈ
লোয়না তাওখোরকলেদনা, অস! কবক্ষা চংনি?
তুরেল চাওত্রিগৈ, লৈরক্তা রীলিক লাউরে......।
—হিংনা নরকদা কুমলে।
পামইনে অরেম্বা, অতাঙবা (লোয়না)
ইকাইদে—কনানো চোংথোরকউ......
ইপাদা নাল্লা তৌরকউ......(ধমকি)
—কিহে, অকনবনি—অফাওবনি। (অহোবা?)
লৈকাইস্থ মপুক ইংলি, কৈ।
—কুমচুপ্পা থুম্বা নত্তবসিবো...... ......
হৈনরে, হৈনকায়—মনম মহা, মচুম ময়েক
—থকপু থকলক্কনি, হৈনবদগী?
ইকাই—মী উত্ত্রবনে?
—লোইবমলেদনা—উজার......। (ইশাগী য়েংবদা)
চংফম লৈরকলোইদোরে, য়াংলেন-ফানগদোরে
—চংচনিংই পাকাদা, লৈখোম, খোঙ চোংতনা তোংতনা
পুক্কা কত্রিবা, খুংনা প্লসদমক......।
—সরকার, খুং থাদে, লৈকায় কি। (ভোংকী)
তৌনিং তৌনিংবদা তৌহল্লী।
অরানবদি উই, খঙই, খুংনা লৌনিংবসিনা চিন্নমু ফাজিনবা
ময়ামস্থ হৈনবন্থদা, তুমমিন লৈবসি?
লোইতারে। –খর চাউথোকপীরকউ' থম্মোয়দে।?

(খায়দোকপীরকউ)

———

# শিংলিবা মুংশিং

শুক্লবা উমংসিদা, শাদানবা—নহাক্কী কিহনথোঞ্জেল
—খুৎলায় মখোল—হৌবা নত্তে. তাবা নত্তে। (থুংনা)
নথন্ত খনজবনি—হৌরে, নীকলে !
—উ-ব্রা মরক্তা লেপলগা, অতিয়া মচেৎ...? (উবা ওমদবা)
অত্তুক পীকলবা নহাক্কী মপাংলক্কো
জগৎ লৈগদবগুম উহললি, কিহল্লি।
—পাক চাউরবা জগৎসিদা, নহাক উফুলনি
মচি অমদা ননিং তৌজবনি, ওমখৈ লৈরিবনি।
—অত্তুবু, ওসিদি কবম্বা থম্মোয়না—নহাক্কী
হাৎলগা পেল্লি, নিংবা থুংবগুম খল্লি।
—হিংজনিংবা মাগী পুন্সিদি, থদৎখ্রে। ( হনবস্থ য়াদ )
পামজরম্বনি খণ্ডদনা উদনা ( চম্পা. মহৌশাগী )
—মম্লবা তাইবঙসিদা, অঙানবা খঙবা কয়ানো ?
অঙানবা উবশিংস্থ মমত্তুনা থেঙ্গায়নরি ?
—কদায়, অউবা শাদানবস্থ, নহাক্কী থম্মোয়—!
থৌর্জাল, কনবীবস্থ চেন্দ্রবা পীকলবা...।
—নেপোলিয়ান, হিটলর—নহাক্কা কয়াম হাৎলমবগে ?
করি থিরমলিবা—নশাগীরা, মীওইবগীরা ?
—মতমত্তু কুইরবনি, ওসিনা, অনৌবা তাইবঙনি।
হিংমিঙ্গরা. পুন্সিশাংনা শানবা। ( য়ারিবমখৈ )
ও ! শাদানবা ! মুংশি শাদানবীয়ু।
—মুংশি খঙদব, হাৎপিগস্থ—শান্তিগী উমংনি

( অনৌবা মীওইবগী )